# অমুবা মীংখূমফি

কোইজম শান্তিবালা




মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি
ইম্ফাল

# Amuba Meetkhumphi

*(a collection of Manipuri Poems)*

by **KOIJAM SHANTIBALA DEVI**

Published by – **Hanjabam Premlata (Bishe) Devi**
on behalf of Manipuri Literary Society, Imphal, 2004

অহানবা ফোঙবা : *নবেম্বর, ২০০৪*

ফংফম থোকপা : *অইবী*

অফোঙবী : *হঞ্জবম প্রেমলতানা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিগীদমক্তা ফোঙবা*

মখুম : মনিলাল অহৈবম, থাংমৈবন্দ হিজম লৈকাই

লাইরিক মশীং : ৭০০ *(চাতরেৎ)*

মমল : লুপা ৬০/-



নম্ফম : পুথিবা প্রেস কম্প্যুটরাইজ, খুরাই লম্লোং কৈথেল, ইম্ফাল

*লাইরিক ফংফম :*

১) মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল - ১
এসেম্ব্লী রোড, মণিপুর।

২) পুথিবা প্রেস, খুরাই লম্লোং কৈথেল।

৩) অইবীগী য়ুম, খুরাই লম্লোং কৈথেল, ইম্ফাল, মণিপুর।



## কোইজম ৺ধীরেন
(১৯৪৭ ইং — ১৯৯০ ইং)

তশুনা হায়রম্বনি
নঙগী লাইরিক ফোঙলসি
ঙসিদি নচাগী শৈরেংনা
কাকাগী খোঙজুল লীজরি;
অদুনা কচ্ছরিবনি
নহাক্কী আত্মাদা
নচাগী অমবা মীংশমক্কি ।

# সোসাইটিগী মায়কৈদগী

হৌখিবা চহী খরগী মমাঙদগী হৌনা মণিপুরী সাহিত্যগী ওইবা অনৌ-অনৌবা পোখোক কয়া পুথোক্লবা ঙসি ফাওবদা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালনা লেপ্তুনা হোৎনজরক্লি। সোসাইটিসি নহা ওইরিবা অইবা-অইবীশিংতনা মপুং ওইনা পুন্সিন্দুনা খৃ: কুম ১৯৮৬ ইংদা শেমখিবা সাহিত্যগী লমদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা সংস্থাননি। সাহিত্য অকাদেমি নঙ্গী দিল্লীনা শক খঙবিবগা লোয়ননা সাহিত্যগী লমদা খোঙ থাংজিল্লক্লিবা অইবা-অইবী কয়াগী পূক্লিং থৌগৎচরিবা সোসাইটিনি। সোসাইটিসিগী মেম্বরশিংনা ইবা মগুণ লৈবা লাইরিক কয়াদা সাহিত্যগী মনা কয়ামুকসু ফংখরে। খৃ: কুম ২০০১ ইংদগী হৌনা সোসাইটিনা মগুণ লৈবা লাইরিক্তা চহী অনী-অনীগী ওইনা **সেরাম মুক্তা মনা** পীবা হৌখ্রে। সোসাইটিগী পান্দমসি লাইরিক ফোঙবা খক্ত নত্তে, **সাহিত্য লৈচল** কৌবা থা ৬/৬ কী সাহিত্যগী চেফোংসু ঙসি ফাওবদা লেপ্তুনা পুথোকচরি। সোসাইটিসিনা হৌজিক ফাওবদা পূন্না লাইরিক কুনহুমদোই ফোঙখ্রে। ৱারীমচাগী লাইরিক তরেৎ, শৈরেংগী লাইরিক তরাহুমদোই, ড্রামাগী লাইরিক অনী অমসুং উপন্যাসকী লাইরিক অমনি।

হন্দকসু ডা. কোইজম শান্তিবালা দেবীনা ইবা **অমুবা মীৎখুমফি** হায়না মিংথোনবা শৈরেং লাইরিকসি সোসাইটিগী ইডিটোরিয়েল বোর্ডনা খনগৎপিরকপদগী সোসাইটিনা ফোঙদোকপা কুনমরিশুবা লাইরিক ওইনা মীয়ামদা পুথোকচবনি। অদুগা লাইরিকসি অইবীগীনা অহানবা খূদোল তমজবনি। লাইরিক অসিনা ঙসিগী সমাজ অসিদা অচুম্বা হায়বদো কদায়দনো হায়না থিরি। শান্তি ফংদ্রবা ঙসিগী পুন্সি মহিংসিদা থোক্লিবা থৌদোক্কী নুংগী ওইবা ঈচেল খঙনবা অমদি মীওইবশিংনা পাল্লিবা শান্তিগী খোল্লাউ অসিবু মশক-মচৃ, মহাও থোক্লবা পূক্লিংগী ওইবা চাংয়েং তৌনবগীদমক পুথোকপনি। সোসাইটিগী মায়কৈদগী লাইরিক অসিবু অপাবশিংগী খূত্তা শিন্নজরি। তরাম্না লৌবিগনি নীংজৈ।

*থিংবাইজম শরতচন্দ্র*
জেনেরেল সেক্রেটরী
মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি
ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
তাং ২৭, ওক্টোবর ২০০৪ ইং

# ৱাহৈ খরদং

সাহিত্যবু ওম্থোক্লা নুংশিজৈ অদুবু লাইরিক পুথোকপগী ৱাখলদি খল্লুদে। ওঝাশিং অমদি মরূপ-মপাঙশিংনদি লাইরিক পুথোক্লসি হায়না তক্তনা নীংশিংবী। অসুম্না থৌনা হাপ্লীবা ৱাহৈ অসিনা শৈরেংগী লাইরিক অসি ওইরকখিবনি। মসিগীদমক পূম্নমক্কী লমন তোনশিঞ্জরে।

শৈরেং খরদি কবি সম্মেলন কয়াদা পাখ্রবা লোয়নননা সাহিত্যগী চেফোঙ অমদি খোমজিনবা লাইরিকশিংদা ফোঙদোকখিবা য়াওরি। লাইরিক ওইনা পুথোকপা মতমদা শেমদোক-শেমজিন খরা য়াওখিবগীদমক হান্ননা পাবিশ্রবশিংনা ঙাকপীগনি। লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপদা অয়াবা পীবিবগীদমকসু –লৈকোল ইম্ফাল, মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি ইম্ফাল, তুংগী য়াইফনবা শেম্বা কাঙলূপ শামুরৌ, ইচেম্মা (চেফোঙ) গুৱাহাটী, অসিনচিংবা সংস্থানশিং অমসুং সাহিত্য অকাদেমি, ডি.ডি.কে. ইম্ফাল অমদি পি.পি.সি. (এন.ই.) দুরদর্শন গুৱাহাটীনচিংবা মরীলৈনবা পূম্নমক্কী থৌপুবশিংবু থাগৎচরি। ঐগী চোইনা চোইনা তাদুনা মাঙখ্রগদবা চল্লবা শৈরেংশিং অসিবু মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিগী পব্লিকেসন ওইনা পুথোকপিবগীদমক সোসাইটিগী থৌ-পুবিরিবা মেম্বর পূম্নমকপু থাগৎচবা ফোঙদোকচরি।

খূৎই ওইনা লৈরিঙৈদা বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমগা পামিন্নবগী তাঞ্জা অমা লৌজহৌবা অসিগীদমক মরূপকী লমন তোনশিঞ্জরবনি। অমরোমদা লাইরিক ফোঙবা মরূপনা শেম্থুং পীবিরকপা অমসুং থিংবাইজম শরতচন্দ্রনা লাইরিক্কী চে পাংবিবগীদমক মরূপশিংগী লমনসু তোনশিঞ্জরবনি। লোয়নননা ঐগী শৈরেংশিংবু অচৌবা শেনফম পুথোকপিদুনা সোসাইটিগীদমক লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপিরিবা মরুপ হঞ্জবম প্রেমলতাবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা ঙাইহাক লৈতনা য়েৎচরিবা ডা. ঙাঙোম একাশিনি, মায়া নেপ্রম, প্রুভ য়েংবিখিবা ডা. অথোকপম খোলচন্দ্র অমদি তেংবাংবিখিবা সোসাইটিগী মেম্বরশিং পূম্নমকপু থোইদোক্লা থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লাইরিক অসি নম্বদা অৱাবা কয়া থাদোক্কুনা অথুবা মতমদা পুথোকপিনবা হোৎনবিখিবা পুথিবা প্রেসকী ইচিন-ইনাওশিং লোয়নননা মখূমগী লাই য়েকপীরকপা মনিলাল অহৈবম, পূম্নমক্কী লমন তোনশিঞ্জরে।

নবেম্বর, ২০০৪      *কোইজম শান্তিবালা দেবী*

# য়াওরিবা শৈরেংশিং

## ব্রাহং

ইমা !
নোংপোক চীংগী মরুমদগী
ফৈনা ফৈনা চিংলক্লে,
সনা মচুগী ফজরবা লৈইনা ।
লৈতেংলে মালেমসে সনা অহিংবা মচুনা
মসিবু নঙগী
        করম্বা শক্লোন্নো ইমা ?

তারক্লি ঙসি ফাওবদা
পুরাণগী ফজরবা
অমদি ইতিহাসকী শেম-শারবা ব্রারীশিং,
সাহিত্যনা অব্রাংবা ফমথোল-কা
মীওইবা জাতিবু শুম্মৎখিবা
        পূম্নমক ঐঙোন্দদি ওইরি ব্রাহং ।

করিগীদমক্তনো ?
নৌজরিবী কুন্তীনা
অদুক কনবা মৈচাক-খাঙ
মতম কয়া লেনখিবা ।
করি মরালগীনো ?
নুংশিবগী অতোপ্পা শক্লোন-পু
পুন্সিচূপ্পা খাঙখিবা
        কায়না মৈচাক সীতানা ?

খাঙঙমখিব্রা নঙবু মতমদুদা ইমা ?
করি মরাল লৈ হেলেনগী ?
মহাকথক ওইখিবা অকনবা লানফম
করিগী চনশিনবীরি
মাগী মিংবু সাহিত্যদা ?
চমজরবী বন্দা লৈবী শকুন্তলা
লুরুক্লনা চৎখিবদা ঈকাই-ফীরুক খুম
দুষ্যন্তগী রাজসভাদগী,
করম্না খাঙখি ইমা নঙবু ?

কলঙ্কীনি মিংথোল লৌ
প্রেমগী মশক তাক্লম্বা
শ্রীমতি রাধিকা,
হায়য়ু ইমা
করম্বা শক্লোন্নো নঙগী ?

মজা'বেম্মা থোইবীনা লায়র লমজা মঙোন্দা
করিগী কৎখিবনো থব্রায় হকচাং ?
অদুগা অমুক,
থম্মোয় অদুক কন
নুংশিববু ফোঙদোক্তা
থম্মোয়নুংগী মৈশা
খাঙখিবনো আয়েষানা ?
পূন্নমক ওইরি ব্রাহং।

ফরে তোক্লসি ইমা।
পেল্লে
সাহিত্যগী ফজরবা তাৎ;

মদুনা, শেম শাহল্লগনি মীওইববু
মহাও য়াওদ্রবা পুন্সিগী শক্তম অমা।
হৌজিক্তি মীৎ পাঙলো
পৃথিবীগী মফম খূদিংগী
ওল্লক্লিবা অঙকপা শক্লোন য়েংলো।

চৎখ্রে, থম্মোয়নুংদা খাঙহৈবগী গুণ।
কৈদনো কুন্তীগী মফম ?
কৈদনো লাংলেন থাদোইগী থৌনা ?
হৌজিক্তি মীওইবসু শা ওল্লবনি।
অহাঙবা চাকখাওগীদমক
কৎনরি মশাগী শাদোংবু মচেৎ মচেৎ
খঙখিবরা মখোয়না শিথরক্লবা হকচাংবু ?
থদৎখিবদা নৌরবী লৈনাবু
লমহেল্লবা মখূৎনা
করিগী ওইরুনি ব্রাকৎ।

য়াক্লবা নুংশাদা
মমা ওইবী কয়াগী
কাহৎলবা, কেল্লবা হকচাংনা
খ্বাঙচেৎ মচি লাং
করিগী হোৎনরি পারি-মমোম নাউয়োকপা
করিদা খেন্নরি কুন্তীগা
করিদদি খেন্নরি শকুন্তলাগা
মসিসু ব্রাহংনি ঐঙোন্দদি ইমা।

হৌজিক্তি
য়াক্লবা নুংশাগী মঙালসু নেমথরে
অতিয়ানা ইল্লক্লে ৱাউথাংনবা ইন্নফি
পাউখুমদি ফংবা লৈত্রে।
মমশিল্লক্লে।
হল্লগে,
কায়নরসি ইমা
চলহৌখো নঙগী পাউখোং
যুগ কয়া কয়াদা।

*(৮ ডিসেম্বর, ১৯৯১)*

# শক্তমসিদা ঐগী

ঈন্থোকপিরক্লবসু ঐবু
সনা শঙ্গায়নুংগী,
সনাগী খুজিতনা য়োম্লবা খূৎশিংনা;
ঐদি লেপ্তুনা খূনগৎলিবনি
নঙগী সনা কৈথেলসিদগী
লায়র লমজা ইপ্পাশিংগী,
নুংশিরবা থব্রায়শিংবু।

অদুনা, ফল্লিবনি ইদোম তরক
নঙগী সনা কৈথেলগী মচীসিদা।

ব্রাখলগী নুংঙাইরবা ঈথকশিংনা
তাংথক নাইনা নোক-খেরদুনা,
কয়ারক থুগাইরক্লবসু
অচীকপা ব্রাখল ইপোমসিবু
হেন্না হেন্না চীকপা হেল্লকই;
শারেপ ফারক্লিবা
লমজা মখোয়গীদমক খল্লুবদা।

কাওথোকপিরক্লবসু
নঙগী ঈরাংগী ফীজোলনা
শাফোঙলক্লিবা থোৎলবা হৎকচাংবু;

পৃক্লিংনা হেন্না খোয়দাজৈ
তরেৎ শেঙ্গাগী ঙাক্লৌ পীরিবা
শেংলবা মল্লবা ঐগী ফীজোলসিনা।
য়েংঙু, ঐগী শকফমসে
হায়য়ু কনা মানবগে ?

(১৭ নবেম্বর, ১৯৯১)

## লানবন ঙাকপী

শিবগী দর্শনবু
ঈখৌলাংলবা ভক্তশিংনা,
খূত্তা মৈরা পায়দুনা
অঙম্বা নোংমাইজীং চীংগী নাপোমদা
থামল্লবা অহিংবু শীংনরদুনা চৎলি।

ঙসিদি বারুনিগী অহিং নত্তে,
কাদে অঙম্বা চীংমায়সু
অদুবু পায়রি মখূত্তদি মৈরা !

হৌনরুদে, হায়নরুদে
অথেঙবা অহিংসিদা
মদোম মদোম থোক্লরকই।

লানবন ঙাক্লি মখোয়
খাঙবা কনবগী খূৎলায় পায়দুনা।
ওমচাক্লরবা থম্মোয়বু ফাজিন
ব্রাখলগী পো কাঙলি;
পম্বুংফম লৈত্রবা খোঙচৎকী
লম্বী চৎলিবা মচাশিংবু,
মশেন-মরাং উরদুনা মমিৎতা।

নিংথমগী অহিংদা
শিন্নথোক্লি অঙ্গংবা অতপ্পা মীৎয়েংশিং ।

অচুম্বগী শক্তম্দু উবা ফংনবগীদমক
থম্বালগী মীৎম্নাশিংদা,
চমখৎলি মৈরা
অমম্বা অহিং অসিদা ।

লানফম ঙাকপী দূর্গাগুম
পুথোক্লি শক্লোন শক্তিগী
ভৈরবীগী শকফম উৎলি
য়েক্লবশিংবু তানখায়নবা ।

শল্লাং চোইনা থাদোক্লে
মৈরা ৱাংনা থাঙ্গৎলে
লৌরে কালী ইমাগী শক্লোন ।

অদুবু পুজখিবগুম উমাবতি শঙ্করনা
ইমা মাগী শক্তি
থবাক-থক্তা মখোঙ থাহন;
থাঙ্গৎলুরবা নখোঙশিং
কনাগী মকা ফল্লবা থবাক্তা থাগদৌরি ?

হে ! লানবন ঙাকপীশিং !
মৈরা ৱাংনা থাঙ্গৎতুনসু
থোরক্লি কনাসু কৈলাসপতিগুম,
অদুনা কণ্ডাওনরি নখোয়না
খোঙদাফম থিবা হোৎনবদা ।

(৮, ডিসেম্বর, ১৯৯২)

# লম্মুক্লবা

অঙাঙবা মচু
ঈ-মুক ঙাঙবা !

ঙাংশং ঙাঙবা মচুনা শঙলবা
খোঙ্গুল পরেংসিগী
খূদুং লীদুনা কয়াদি ব্রানা লাক্লে ।

আশা অমদি তৌরকখিবনি
খোঙ্গুলসি উরুগৈঁ –
লৈরম্বা য়াই,
মচুসিনা থল্লবা অপাকপা ঈপাক অমা
ঈপাক্তুদা ঈরোয়দুনা শান্ননীংখি
ঐগী থব্রায়না নীংতম্লা ।

অদুবু
পামজবা ঈপাক্তু য়ৌদ্রিগৈঁ
কৃপশিল্লক্লে মায়কৈ পূম্বা
শূক শুনা মম্লবা অমম্বনা;
লম্মুক্লহল্লে ঐবু ওম্হোক্লা তমথীনা,
খঙহৌদনা নেৎথরুরে ইখোঙ অসিসু
নাপীতনা কৃপ্লম্বা লৈনাংগী ঈপাক্তা ।

মাঙখ্রে !

খূদুং লীজরকপা

অঙাঙবা খোঙ্গুল পরেংদুসু !

মফমসিমক্তদা ।

(১২ ওগাষ্ট, ১৯৯৩)

## চরা অমা

শক ফজবী
লীলা য়াওবীদু
মন্ত্রীগী নুপী
সনাইবেম্মা শারি ।

কেথ-নৌথ
ঙাংলি মন্ত্রীদুদা,
লীকথাং পরেং শাননবা
ফংলক্লিবা শেনফমদুদগী

হনখিবদা ময়ুমদা –
চরা হেল্লম্মী
অশোনবী মমা
অপীকপা মচাশিং ।

(১৯ অক্টোবর, ১৯৯৩)

## পাউদম

খল্লি
ঐবু অমুক্তং কপসিরা
লাউ-খোংনা
মেনশিনথ্রবা নাকোংশিংসি তানবা ।

নৎত্রগা চৎসিরা তম্পাক তম্না
ইশাসি মতৎ মতৎ তৎনবা ।
করিগীনো ?
অশংবা চীংশাং পরেং ঐবু
মণিগী লীক্লাং পরেং কৌবীরিবা ?

করিগীনো ?
থরায় য়াওদ্রবা পুরারীশিংদুগা
মরী লৈনহল্লদুনা
শান্নরিবা চিংথোক-চিংশিন ।

নোংমতসু নীংশিংবীখিদ্রবা ঐবু
করিগী উপনীংলক্লি
লৃহুপ ওইনা
নঙগী মিংচৎকী লম্বী চৎপদা ।

অকনবা ফৃদোক্লিবা
থৌনাদুনা !
কয়ারক ওৎতুনসু
চৈনা ফাওদ্রবা থম্মোয়নি,
লেঙদ্রবা পূক্লিংনি।
অদুনা উপকনু লূহুপ ওইনা
নঙগী মিংচৎকী লম্বী চৎপদা

(২৬ অক্টোবর, ১৯৯৩)

# নাম্থোকপা ঙমদবা

চহী-চা কয়া কয়াগী মতুংদা
ইতিহাসনা
মীওইববু অমুক অমুক চাথোকই;
ময়া লাওনা কারদুনা
কাঙলুপ কয়াগী
শরূ-শয়াং পেদ্রেক পেদ্রেক।

চেল্লি মীওইবনা মদুদগী হিংজনবা
অদুবু ঙমদে কনাসু
মাগী মখূত্তগী নাম্থোকপা;
শাংদ্রোং শাংলবা মখূৎতু তিংথোক্লুনা
তাপ তাপ ফাখি
অচেনবা কাঙলুপশিং হান্না।

(৫ ডিসেম্বর, ১৯৯৩)

# মৈরানবী অমদি মৈরী

ঙাল্লি মৈরী অমখক
লংত্রিক লংনা।

পাইশিল্লি মৈরীদুদা
মৈরানবী কয়ানা।

মৈরীগী শক্তি পাল্লবা মৈরানবীশিংনা
হৌজিক্তি ওইনীংলক্লে মৈরী।
মশানা মশাবু মৈরীনি হায়জরে;
মৈরী ওইনীংবনা ঙাওরবা মৈরানবী কয়া
কোয়পাই পাইরি।

মৈরীদো তনিক তনিক্লা খাঙলি
মৈরানবী কয়ানা পাইশিনবদা।

(১২ ডিসেম্বর, ১৯৯৩)

# শমজিরৈ অমদি ঐ

লাক্লবনি ঐ
অঙৌবা কোকখুমফিসি খুল্লদুনা
নঙগী ননাকসিদা,
কয়াদি ব্রারকই
লমশাংসি লাকপদা।

ইকোকথক অসিদা
কোরৌহনবগী
মৈরীগী থাকন খল্লদুনা
ঈখৌলাংবগী লাংতক্লরবা খোঙথাংদা
লাকখিবনি লেপ্তুনা ননাক্তা।

লোৎচরকপনি ইরল ওইবা পূম্নমক
পম্বুংসি য়ৌদ্রিবৈঙে
অরেম্বদা মাঙপ্রনি খন্দুনা।

য়েংঙু,
শমজিরৈসিগী মহাকথক
নীংতম্বা হায়বদু ব্রাহৈদমক ওইখিবনি
ফংজরক্তবনি কৈদসু মাবু।

ঐগী হক
ঐগী পাঙ্গল-লৌশিং
পূম্নমক থমাইবীখিবনি মখোয়না

অদুগা
ওক মকোক পানবা গধাশিং অদুনা,
ঈস্থোল্লকখিবনি ঐবু
অমম্বা অতিয়া অসিগী মখাদা
নীংতম্বা মাবু হাত্তোকপিরগা।

ইখোঙ অসিদা
চৎনবীগী হেনফদ্রবা লীপূন কয়া অমগী থৌরীনা
চেৎনা পুল্লদুনা
অহিং কয়া
নুংথিল কয়া
লেপ্তুনা চৎলকখিবনি
চোইজাইনরবা ব্রাখল মাবু ফাজীল্লদুনা।

ননাক্তা লাক্লবনিনা
চিল্লনিদনা শমজিরৈসিবু
নীংতম্না।




করিবো ?
শমজিরৈসিবু, নঙগী ওইনা –
য়েংঙু
পূম্নমক পীরেদনা নঙোন্দা
করিবু খাকহৌরিবগে ঐগীনি হায়বা

শমজিরৈসিতদি,
নীংতম্না চিঞ্জবগী
পেঞ্জবা পীবিয়ুগবা
শমজিরৈসিগীদমক্লি
অঙৌবা কোকখুমফিসি খুন্নদুনা
লাক্লিবসি ননাক্তা।

মফমসিদসু,
নঙগী নফমদগীসু
শমজিরৈসি চিঞ্জবগী নীংতম্বা ফংদ্রবা
অদুদি !
চৎখিবা তাব্রা
শাংলবা খোঙচৎ অমসু
থাজবগী মঙাল থিরদুনা।

(১৩ মার্চ, ১৯৯৪)

# ঈরোন্নুং

আশা লৈত্রবা অনাবনি
নঙদি হে পৃথিবী !
শীম্থৌ পিরাং
লেপ্লাইদবা ইঙেনগী নোংজুগুম ।

বসন্তগী অনৌবা য়েন্নিংলক্তা
কালেনগী অঙাঙবা লৈরাংলক্তা
শরতকী ঈংলবা থাবল্লক্তা
শাগৎচখিবা নঙগী মঙলানগী আশা কয়া
লৈশাৎ তমদনা কেনখ্রনিদো থম্মোয়নুংদা ।

অচীকপা অহিং খুদিং
পায়রদুনা আশাগী লৈপরেং,
ঙাইজবদো হুকচনীংনা
চীংলেম্লবা অতিয়া মঙোন্দা –
ওইখিদো পাঙথোক চান্বী ।

ফোঙদোকল্দবী হে পৃথিবী
অরোয়বা পুঙফম্নিনে পুন্সিগী
ফোঙদোকউ তেংনা থম্মোয়গী ব্রাফম
ঈকাইরুনু কৈদৌবগে হে লোম্থোক্তবী !
মীকুপ খরগী তুংদদি
লূপখ্রনিনে অমম্বা ঈরোন্নুংদা
নঙগী ওইবা পূম্নমক ।

(৭ জুলাই, ১৯৯৪)

# খোঙচৎ অমা

অমুবা শম্লাংবু
শরা শন্না শন্দোক্লদুনা
নীংঙাইবা লৈতনা য়াতারিবা
অহিংগী মফিবু
শেমজিন শাজিনবীরম্লগা,
লাকখিবনি
থম্মোয় থম্মোয়গী থোঙজিন তম্না।

ঐগী খোঙথাংগী মখোলদা
য়াকায়রকখি, অমনবা লৈকোলগী
মখোঙ শোম্বিদ্রবা লৈরাংশিং।
চেম্থোক্লককখি,
ফুব্রাউনরবা খুঞ্জাগী অঙাংশিং
খূর্জি য়াওদ্রবা শগোলগুম্না;
তপথবা লৈতনা চেল্লকই
অহিংগী লীক্লা কোক্রিবা
শংবান্নবা তিংথৌ মথক্তা।

ওন-থোইখি
নোক-খেরদুনা,
লৈমন চল্লবা অকেনবা লৈরাংশিংগী মথক্তা
খুনামতনা থল্লবা মালেমদা।

চৎনবীগী
মৈখূতনা য়োমশিল্লবা
খূরবা কাখূনুংদা
যূমগী মৌশিংনা
হল্লকপা নাইদ্রবা মচাশিংবু ঙাইরি
মশাগী ঈনা শুমথরবা খোল্লাংবু
খৌবুম থন্না ইনবিনীংলি ।

লেপ্পা নাইদ্রবা খোঙচৎসিদা
থেংনরুবা থম্মোয়শিংগা
অমত্তা ওইশিনখ্রি
ঐগী থম্মোয়গা
অদুগা চূখৎখ্রি
মুৎনাইদ্রবা মঙালগী মৈরা ।

অদুবু
মন্থরবা হকচাংবু
কোল্লিবা থৱায়শিংনদি,
মৈশা য়াওরক্ত্রবা
ঙাংলৈনরবা ঐগী শক্তমবু
মুনা মুনা য়েংলি
অঙৌবা পীশুমগী ফীজং মখাদা ।
খৌরাংনা ঙাইরি মখোয়না
অমুবা মচুগী ঈরোন্নুংদা, লূপখিববু ঐহাক্না

(১৯ জুলাই, ১৯৯৬)

# অতিথি

অতিথি অমগুম
লেপখি, নঙগী মীথুংশঙগী থোঙজিন্দা,
হে ভারত !
য়েংননবা
শুষ্কৎয়াই পুরবা, লুপাগী লৃহুপ উপ্লবা
কাশ্মীরবু,
শান্নখি নঙগী লাইরৈবাক্কী নচাশিংগা;
হুকচিনখি ঙকশমদা
দাল লেক্কী
ঈথকশিংগী লীক্লাং পরেং ।

অদুগা নীংশিংখি
ঐগী পোক্লফম মণিপুর
- শংবান্নবা চীংশাং পরেং
লোক্তাক পাৎকী ঈথক-ইপোম ।
অমুকসু লেপলুই,
ইতিহাসকী ফীজোল শেৎলদুনা
অমনবা কোনুংগী মীথুংশঙদুদা দিল্লীগী
রাজকুমারশিংগী শগোল মখোল;
জগোয় শাবীশিংগী খোঙজি-মখোল,
নির্নখি
থম্মোয় কানুং য়ৌনা ।

ঐ চৎখি
ঐ থুংখি
মীওইবগী ফীজোল শেৎলদুনা
মীথুংশঙ কয়া কয়াদা।

নোংপোক ভারতকী চীংলৈবাকশিংগী
লমজাউ খোনবা নুংশিৎনা
হুগৎপীখি লুমাংগী শন্নাংবু।

সমুদ্রগী,
ঈথক্কী জগোয় খূৎথেক্লক্তা
লূপশিনখি ইশাসিসু।
চৎখি অমুকসু
লৈকংলাগী শারবা লৈঙোইলক্তা
খোঙ্গুল পরেং পরেং থনম্লদুনা।

নঙগী
মুম্বাইগী মেরিন ড্রাইবনা;
কোলকাতাগী শোল লেক্লা;
রাজস্থানগী লৈঙোই লন্মাংনা
ঐবু কৌশিল্লি খূৎলাম তোয়না।

খুঙ্গংগী,
সনা ফৌগী চরোংশিংনা
যুবী পাম্বীগী শমন্নাংশিংনা
হাইনা হুম্না নুংশিনা
নঙবু থৌগল তৌজরি।

কয়াদা ফজরিবা
হে ভারত ! নঙগী শকফমসে ।

লাইবক ফৈদকো
ওইজরুবা ভারতবাসি;
খঞ্জরদুনা ব্রাখলসি
শেংদোকচরি ইশাসি
ত্রিবেনি সঙ্গমগী শেংলবা ঈশিংনা
অদুগা চৎলি তীর্থশিংদা ।

চোকথরক্লবদা
তূমথরগে খল্লুই
শংবান্নবা মোল্লবা নতম্বাক্তা ।

খঙহৌদনা,
পোকখায়রকখি নঙগী থবোন্বী
চেন্থরকখি অঙাঙবা ঈখেং
ঐনা ঙক্লা য়েংখি,
নঙ হৌগৎখি তুরোই ঙাম্লোই
ফীজোল পূন্না ঈতনা মচু শঙলদুনা ।

ঐ চেনখি
পোক্লফম মণিপুর তম্না
অদুবু পোকচবী মাসু
শেৎলম্লে ঈতনা শঙলবা ফীজোলদুমক ।

(২৩ অগষ্ট, ১৯৯৬)

# অবোক

অঙীংবা নুংশিৎনা
ঈথক-ইপোম ফিজেৎনরদুনা
ৱানা লিৎশিল্লি;
ৱাংলবা চেকপলগী
অহোবা মখুল য়েংদুনা
ইমুংগী কা য়ৌনবা ।

ইমুংগী মন্নবা কানুংদা
মফি পূম্বা চিংথোকপিরগা
শেৎচিল্লকখি মোৎলবা নমথিরবা ফি
অদুগা, ওইহল্লকখি অশাবা নুংশিৎ ।

অমোৎপা অশাবা নুংশিৎতুদা
য়াওনমিন্নরিবা মশূশিংগী খোঞ্জেল তারগা
অবোক্কী খুইরবা খূৎনা
নানবিনীংলি মশূশিংবু ।
অদুবু, ৱাংলবা চেকপল লান্না
নানবীবা ঙমদে অবোক্কী খূৎনা ।

খূরবা কাখূনুংদা
ৱানা খাঙলিবা নুংশিৎকা
অবোক্কী উইরুম্নবা মীৎয়েংগা

মীৎচানরি হেক হেক
চেকপলগী অহোবা মখুলদুদা।
মশূশিংনা থোরক্লি
অপীকপা কাশিংদগী
লেংইন্ননা চৎখ্রি
অবোকপু হন্না য়েংদনা।

নোংমতসু
লম্মাং মচীদা
যূমগী য়েন্নখাদা
মীৎচাননা ফম্মীন্নদুনা
নোকমীন্নদে মশূশিং।

অবোক্তি, থম্মোয়নুংগী ব্রাফম কয়া
ফোঙদোক্লীংবনা লাংতক্লরি।
অদুনা, থিরুবা তারিব্রা ?
খুঙ্গংগী তাল্লবা
লোইজিং লোইয়াগী
অপীকপা খাঙপোকশিংদা;
ফীজেৎ-ফীগায় শেত্তুনা
নিংথমগী অঙৈংবা খাঙলিবা
মবুক হাপ্লবা মশূশিং।

খল্লি অবোক্লা,
তাবীগনি মখোয়দি
থম্মোয়গী নুংশিরবা ব্রাফমশিং;
শান্নরমগনি অঙৈংবা নুংশিৎসু
নীংতম্না লৌবুক-লম্মাংদা।

(২০ নবেম্বর, ১৯৯৬)

# নীংখায়খ্রবা নঙগী শম্বুল

মতম কুইনা
থোক্লুদ্রবা বেনী
থোকখি
নচাশিংগী খূৎনা ইমা;
পুনখৎপিখি
ৱাংনা শম্বুল
থেৎপিরদুনা মালিকা-মালতি লৈরাংশিং।
নঙনা নোকখি
মোমোন-মীনোক
শেমজীল্লদুনা পারবা ইনফিদু।

লেন্নজরুই তরা-মাঙ
পাঙ্গল কনবা
লৌশিং লৈবা
মমা নীংবা মচাশিং।

অদুদগীদি,
ইল্লদুনা নমথাঙ-খুল্লক্কী ইনফি
শাখি
রসনা থল্লবা জগোয়-রাস
শাখি
শাথেক্লা থল্লবা লৈমা-জগোয়

নচাশিংসু শাখি জগোয়
চোংন-ফন্না
নঙ নোকখি
নচাশিং নোকখি।

অদুদগীদি,
নুংশিবনা হেল্লক
মাতগী ওইবা পামজরক
চিংনখি নঙবু মায়কৈ-মায়কৈ
পারবা ইনফিনা য়েংঙমদা
মচেৎ তানা খাঙজখি।

নঙগী শম্বুল
কীস্থখি চোইজাইননা
ব্রানা খাঙখি
মালিকা-মালতি
উফুল্লক্তা খোঙনেৎনা।

অদুগা ইমা,
অমুকসু পুনখৎকে হোৎনরি
নঙগী শম্বুল
মচীন-মনাওগী
ঈ তৈরবা খূবামশিংদুনা।

(২৩ ডিসেম্বর, ১৯৯৬)

# কবিতা অমসুং নূপী

হে কবিতা
কুইরে ওইনরক্লিবা
ওইন চাউবী নূজাগুম
নঙবু থেম্নবা হোৎনবদা
চিংখায়নরক্লি
থস্মোয় অমদি ব্রাখল।

ঐদি নঙবু ওইহন্নীংবনি
পৃথি মাতাগুম;
লৌহন্নীংবনি মমাগী শক্তম
য়ূম্বুরিবী য়ূম্বাল্লবী।

অদুবু
পোমশাৎনবী তনৌরিবী
লৈরাংগী শক্লোন লৌ
খুমজিনখিবদা ঊনাগী মায়খুমফি
ঈকাই তোলহাইনবী শক্তমদুদা
খাঙঙমদ্রিবনি ঐ।

থস্মোয়সিনা থোকহন্নীংঙি
অমেঙবা ব্রাহৈগী সুর
লৈরোং কয়া লোল্লবা
তাম্থা কয়াগী শহুমদা

নঙনা ফৃগায়না শাৎকায়বদুনি
মঙলাঞ্জরিবা মঙলান্দা।
অদুবু
মায়রুক্লহল্লি
ঐগী ৱাখন্নদি।

থৌনা পূম্নমক ফৃদোংজনা
শাখপ্পরিবা জটায়ুগী শাগলনা
য়ৈশল্লকপগুম পাশ্বে লৈতনা
লৈমায়থক্তা;
চীকমাঙনখ্রি ৱাহৈগী লৈরোংশিং।

থম্মোয় ফৃকপা খোঞ্জেল কয়ানা
ললোল্লকপদা থৱায় কয়াবু
হে কবিতা!
হায়য়ু নঙ —
খুমখিগদ্রা ঊনাগী মায়খুম ?
হাইদোক্লো হে তথোৎনবী
নঙগী ঈকাই ফীজংদো।

য়েংনীংই ঐদি
নঙনা শাবা রুদ্রগী তাণ্ডব জগোয়;
অমদি
সনামহিগী মালেম লৈথীঙ্গায় জগোয়;

শেম্নবা
অনৌবা লাস্য জগোয়,
লৈশেম জগোয় ওইনবা।

অদুনা
ওইরো নঙ
শক্লোন কয়াগী নূপী।
ওইয়ু কুরঙ্গনয়নী,
লীষ্থোইঙম্বী।

গোপাল কয়াগী যশোদা ওইদুনা
প্রেমভক্তি কয়াগী রাধিকে ওইদুনা
মীরা ভজন কয়াগী ইপোমদা
ঈংহল্লু অমুক্তদি মালেমসি।

কুরুক্ষেত্রগী লানফমদগী হেল্লবা
কৃষ্ণগী মচাশিংনা লোইশিনগদৌরিবা
ঈ মশেল মক্তগী
শাগৈ তুম্বা লানফমসিদগী
কল্লু নঙনা
শক্লোন কয়াগী নূপী ওইদুনা।

(১২ ডিসেম্বর, ১৯৯৮)

# থব্রায়গী থৌনা

অঙন্বা চীংমায়বু তেমশিংনরদুনা নঙনা অসুম কাখৎখি
মতোল য়ৌবগী
নুংঙাইবা নুংশাস্বর হোল্লদুনা।
নঙগী খূৎ —
তিংথোল্লকখি মোমোন নোক্লদুনা,
চনিং তানা হোনবা ঙমজদ্রবা
ঐগী স্বর
অকনবা নুংশিত্তা হাইরিবা ফিরালগী হকচাং
চিংখৎপীখি
লেপ্তুনা।

ঐনদি উরি হৌজিকসু
চৎনবীগী খুজিনা থল্লবা নঙগী খূৎ,
মতম চূপ্পদা হাই-হুন্লিবা
ইমুংগী কা শীনবা থুংনা
মিংথোল অমখক্তা কখোল্লবা
কেল্লবা হকচাং।

অদুবু
নঙদি অসুম চেনশিনখি
মৈ হৌনা চাক্লিবা লম্বেল অদুদা,

নঙগী খ্বাঙচেৎকী থৌরী পীরদুনা
চিংথোক্লুই কনাগী তোম্পোক্লবা মচাবু
খুনগৎখি কনাগী পাম্মুরবা মশাবী।
ঐনা পাখৎলি
নঙগী লৈবাক্লৈগী হকচাংদা
মৈৱায়খিগদ্রা হায়না।

(৩ ডিসেম্বর, ১৯৯৯)

# অকিবা

লেঙ্গোন্নদুনা চৎমিন্নসি
অশংবা চীংশাং পরেংগী মতৌগুম;
লেঙহল্লোইসি থম্মোয়গী অচেৎপা মরী

মরূপ,
য়েংলক্কনু ঙাঙলবা মৈরীগী মীৎনা
মদুদগী শোয়দনা ওইরকপা য়াই
ঐ ! নঙ ! মা !
পূম্নমক্কী মীৎতসু মৈরীগী মীৎ ।

ফাইরেন লমতাগী
অকংবা ঊনাগী হকচাংশিং অসিদা
মৈরীদুনা মৈৰায়দুনা চাকখ্রবদা;
ৰাখলগী লমথুংফম অদুনা
য়ৌবা ঙমদনা ঊৎপূং ওইনা লৈখ্রবদা,
কমদৌনা লানগনি চীংশাং পরেংসি ।

থৰায় চেক্লাশিংদি
কাউথোকখিনি শোয়দনা
ঐখোয় মশেল
মৈরীগী তেনসিনা
পিখম্নহল্লকপনি হায়বা ।

*নীংঙমদবগী তেংথা ঈশৈ শক্তুনা*

কোয়পাই পাইরকপদা,

চীং-তম

লোইজিং-লোইয়া থুংনা

নঙ-ঐগী নুংশিবী মণিপুর

করম্না থোনগনি অশংবা ফীজোল ?

ইচিন-ইনাওশিংগী তমথিবা মীচৈ কয়াদা

করম্না চৎকনি ঐখোয়গী থৱায়না

স্বর্গগী লম্বীদা

নুংশিবা ঈশৈ শক্তুনা।

অদুনা

য়েংলক্কনু মরূপ

নঙগী মৈরীগী মীৎনা,

পীরকউ নখূৎসিদুম

খূৎশম্নুনা অঙম্বা চীংমায়সি কাখৎসি

অসোম ৱাংমগী পম্বুংফম য়ৌনা চৎসি।

*(১০ মার্চ, ২০০০)*

# লোক্তাক-১

চান্নবীনা হায়
থাবল ওইগনি মা
অদুগা শান্নগনি ঈরোয়দুনা
লোক্তাক্কী লৃরবা লাইজদা।

ঈথক হৌহল্লু পাক্লবা ঈপাকসি
অঈংবা নুংশিৎনা হুম্বদা।
ঐ য়াই —
ঐগী চান্নবীগী ৱাফম
মরমদি,
ঐ মাবু নুংশি
পুন্সিদা খ্বাইদগী পাম্মুজবা হায়রবদি
ঐগী চান্নবীনি।

মানা নুংশি লোক্তাকপু
লৃপশিন্নীংঙি মাগী ঈরোন্নুংদা
ঙানু-থঙ্গোং ওইনা।
অহিং খৃদিং নিংঙাই তৌই
মাগী পুম্মুম্নরবা থাবোম্না
ইথাদা ঙারদুনা।

তত্তনা হায় –
নুংশিরবা উচেক মচাশিং
শকহল্লু ঈশৈ,
অয়ুক্কী ঈংলবা নৌরবা নুমিৎকী মঙালদা
লেঙ্গোন্নহল্লু থাঙ্গা, করাংগী চীংশিং
লৈচিলগী অঙৌবা ইন্নফিনা।
অঙৌবা মুক্তাগুম্না পাইহল্লু উচেকশিংনা
চীংয়া পল্লা।

তুমখুন হুনখ্রবদা লোক্তাক্লা
থারবা ফূমদিগী কাম্থা শুগুনা,
হাই হুন্নকখিদ্রে
অকনবা নুংশিংকী শহুম্না য়ৈবদসু।

নুমিৎকী অরংবা মিংশেল
তত্তনা খানজিল্লি অতিয়ানা
লৈচিনগী মরুমদগী;
অদুবু অমুক্তসু মমিং নোইরক্তে।

হীক্লা হীক্লা কপ্লি চান্নবীনা !
লোক্তাক্কী ঈয়াইদা
চিংলক্তবদা
সনা মচুগী লৈইনা।

ঐগী চান্নবীনা তেংথারি
—'মহাক লৈত্রবদি
করি তৌরুগনি
ঐগী ইমা-ইপানা
ঐগী মণিপুরনা
পূম্নমক পূমহাঙ হাঙগনি' ।
ঐ ব্রায়,
ঐগী চান্নবীগীদমক
ঐগী লোক্তাক্কীদমক ।

(৩ মে, ২০০১)

## লোক্তাক — ২

লমন মখাক অমা
কোন্দুনা লৈরি নঙগীদমক লোক্তাক;
হায়বগুম তৌরি –
মপুঙ ফাহল্লো ইতিহাস।
অদুবু ঐগী থম্মোয়দা
ৱাহং চাম্মা চাম্মা ?

পীক্লবা কোকসিগা-থম্মোয়সিগা
হেক হেক শম্নরক্তবা য়াওরি,
খঙদে নঙগী লমনবু শিংগদৌরিব্রা
নৎত্রগা কোন্দুনা চৎখিগদৌরিব্রা
পুন্সিগা লোয়ননা ?

অমুকসু হংলি থম্মোয়সিদা
মপুঙ ফাবা হায়বসি করিনো ?
লোইশিনব্রা ?
থুপচিনখিবরা ?
খমখিবরা ?
নৎত্রগা ?

তাও লোক্তাক !
নঙগী শাগোন্নবা ৱারী কয়াবু
ইতিহাস ওইহল্লদুনা

লোইশিল্লক্লি অসুম অসুম
মতমগী ঈচেল অসিনা
লেপ্পা লৈতনা চেন্থরকপদা।

চোকথরবরা লোক্তাক ?
চুম্মি নহাক ৱারে !
নঙগী হেক থম্মোয়মক্তদা
অকনবা চৈফূ অমনা
তত্তনা অসুম য়ৈরকপদা
নোংমা নৎত্রগা নোংমা
পোকখায়রক্লগনি নঙগী থম্মোয়।

নীংশিংলি অদুগৈ
নঙনা মথোৎ কারকগৈ
মজাইবেম্মা থোইবীনা
নুংশিনা নানবীখি
নঙগী ঈথক হৌরবা শল্লাংবু।
হৌজিক্তি থাবলগী অহিংদা
পি শীন্থরি নহাক
তোনু লাইজিংলেম্বীগী পিগা অমত্তা ওইরদুনা

করিগুম্বা কান্দা
হাওবা-কোনুনা
লোন্না চীরোল্লম্বসু য়াই;
নঙগী শোন্দম-নাদম্লবা
ফিভম অদুগীদমক।

মাইবনা খূৎ থারবা
নঙগী অরোইবা মীকুপপু
ঙাইরি নঙগী অপোকপীনা
উপাই লৈতনা,
মখূত্তা মৈহুম পায়রদুনা
নঙগী সংস্কারগী মৈ চূনবা।
অদুবু নঙনা চৎখিবদা
মৈ চূরিবা অপোকপী মাসু
অসুম অসুম চাকখিগনি
মৈরী অদুনা।

(১২ মে, ২০০১)

## শহীদ

নঙগী শক্তমদা
হুকচিনবীখি মখোয়না শহীদকী লৈপরেং
কপখি
ধুপকী মৈখূলক্তা
বর্ত্তিগী মৈরীলক্তা।

থম্মোয়গী ঈফূৎতগী থোক্লকপা লূরবা পিগী ঈচেলনা
তরু-তরুরবা মীৎনহাশিংবু
অকিবা ফংনা ঙাঙহন্দুনা,
চেস্থহল্লকখি –
লেপ্পা লৈত্ত্রবা ঈচেল অমা।

করিসু তৌজবা ঙমখিদ্রবা খূৎশাশিংদুনা
শুরু শুরু নোইনা খাঙখি
লমন খুমফম খঙদ্রবা থৌওংশিংগীদমক,
ব্রাকৎচফম খঙদ্রবা মখোয়না
লাউ-খোংখি
চীনবান থক-খা চীক্কুনা।

খঙদে
পেঞ্জরিব্রা মখোয় !
নঙগী নফমদা কচ্চরগা
তগৎ তগৎ তেক্লিবা লৈরাং কয়াবু লৈখোক্তগী থদত্তুনা

নওগী থব্রায় য়াওদ্রবা শক্তমগী খূয়াখাদা
ওন-থোইহন্দুনা।
লৈরক্লি মখোয়
মতম কয়া অমা চিন্তাগী পোৎলুম পুদুনা
মকশিল্লবা মায়থোঙশিং হঞ্জন হঞ্জন
মিংশেলগী মতৌগুম তুফক-তুফাই চন্না
অমগা অমগা য়েংনদুনা।

খঙদে
মীয়ামসিগী পূক্লিংগী অপাম্বা
ওইরিগদ্রা শহীদ ?
অদুবু নওগী শক্তমদা থক্তোক্লি –
নীংতম্না চেঞ্জ-চোংজনীংবগী ঈখৌলাংবা মীৎয়েং
চাইথোক্লি
মীওইবা ওইনা হিংজনীংবগী মীৎয়েং।

খঙখিদে নওনা হিংলিঙৈ
মশেক মঙাল নাইরবা
শহীদকী থম্মোয়গী ওইবা অর্থ।

খঞ্জখিবনি নওদি অমতনি ঐখোয়,
তাঞ্জরুবনি মীওইবগী মফম অমখক
অব্রা-অনা লৈত্রবা তাইবঙ অমগীদমক।
অদুবু
জাতিগী, কাঙলুপকী
চৈনা অমখক্লা য়ৈশিল্লকপদা
খাজিল্লবা কোর অমগী পন্নুংদা
নহাক শহীদ ওইখিবনি।

(১৩ ওগষ্ট, ২০০১)

# নূপীলান

ঐ খঙই
নঙ নূপীনি হায়বা,
শাগোন্নদুনা চৎলিবা নূপীলানগী ইতিহাসপু
তেমশিংনখিবনি
বৃটিশকী লোইলম লৈঙাকপু
থেংখাঙ কয়ারক।

থৌনা ফৃদোকচবা ঙমদ্রবা নোংশা মচাশিং
মেনখিবনি মচীন
লাল্লুপকী অকনবা মন্ত্রনা
খোংলক্তনবা
তাইবঙ নিনবা অহৌবা খোঞ্জেলশিং।

অদুবু নঙনা চিংথোকখি
মমা অমগী শক্তম লৌ;
মতম চূপ্পগী ওইনা
পঙথখ্রগদবা নচাশিংবু।
মখোয় ঙকখি,
ঙকখিবনি অঙৌবা জাতিশিং
নঙগী থৌনাদা
নঙগী লৌশিংদা।

মীকপ থোকখি
লাচনখি মখোয়
অনৌবা ইতিহাস অমা নূপী লানগী।
অসিদা নৎত্রি –
লোইবা নাইদে নঙগী থৌনাগী ৱারী
অঙাংবা নিংথমগী অয়ুকপু শীংনরদুনা
মবুক হাপ্লবা লমদমসিগী প্রজাশিংগীদমক
শোক্লখিবনি লোইবা খম্বা নাইদ্রবা
লানফম অমা।

নাচুংখিদবনি নোংমৈ সঙ্গিনগী চৈনা
পীখিবনি অঙাংবা ঈখেং
থোৎলবী লৈরাংগী হকচাংদগী
'সিবু মালেমগী করম্বা
ইতিহাসতা য়াওবগেনে ?
লমদমসিগী ইতিহাস নত্তনা !

নিংথৌগী অকনবা চৈরাক
বৃটিশশিংগী শুপ্লমগী শাসন
চমজরবী নখোয়না
থৌনা লৈনা মায়রোং য়াখি।

মালেমদা তোমথিন ঙাল্লিবী
লমদমসিগী নূপীশিং
নখোয়গীদমক চাউথোকচরিবনি
কোক নোল্লি নখোয়গী নফমদা।

শমথবিরকউ —

অচুম্বগীদমক মায়রোং য়ানা লেপ্লা ঙম্বা থৌনা;

মাঙহনবীখিনু

লৌশিং

লমদমসিগী নূপীশিংদগী;

হৌজিক্তি ওইরে মতম

ইতিহাস অমুক ইবা

অনৌবা নূপীলান অমগী।

(২৮ ওগষ্ট, ২০০১)

# মূর্ত্তি

ভক্তি প্রেমগী মূর্ত্তি ওইনা
লেপ্লি নঙ
হে রাধে !
নপাঙ্গল নথৌনা ফূদোক্লুনা
হায়বা ঙমখিদে
ঐগী কৃষ্ণনি।

ভক্তিগী কুয়োম্না য়োমশিল্লবা
হকচাংগী মরুমদা
পুথোকই নঙবু
আয়নগী লমহেনবী লোয়নবী ওইনা।

চেপ্লোকই :
অথেঙবা অহিং খূদিংদা
কৃষ্ণগী বাঁশীগী খোঞ্জেলদা
শাংকায়রক্লিবা নূপীগী থোংলবা মিংথোলবু
নেংশিনবীরগা অকনবা খোঙপাকশিংনা,
হায় –
প্রেমগী মূর্ত্তিনি।

হুন্দোক্লম্মী নঙবু শ্রীকৃষ্ণনা
ব্রজবৃন্দাবন্দা।
লৈমা লীশিং তরাতরেংকী সেবাদা

*চন্নফম লৈখিদে মথুরাদা নহাকপু;*

মদুগী মহুত্তা

ওইহল্লকই ঙাকপীহৈরবা

নুংশিবগী মূর্তি।

অকিবা ফাওই রাধে

নূপী খুদিং

ফিদমগী রাধিকা ওইখ্রবদি;

মীওইবগী শাফোঙলক্লিবা থৌদাং

পূক্লিং থম্মোয়গী লৈরাং

কেনখ্রগনি নোংঙানবদা

শীঙ্গারৈগুম নূপীশিংদগী।

অদুনা

নঙ হৌগৎলু রাধে

নখৌ পোঙনা লাউ

ঐগী কৃষ্ণনি।

*(১৫ ওক্টোবর, ২০০১)*

# মিংশেল

মমি অমখক্লি আশা তৌরিবা
অচূম্বা ফজবা অশেংবা শক্তমগী
অদুবু উবা ফংদ্রি কৈদৌঙৈদসু ।

নাপলগী কুয়োম কুপশন্দুনা
লেপ্পক্লিবনি মতমগী নুঙপাকথকসিদা
অমুক্তংদি উ-নবা ইশাগী ফজবা শক্তম
লেপ্লি তুং-মাঙ
ঐগুম্বা কয়া
উনীংবনা লাংতক্লরবা
খৌগংলবা থম্মোয় পুদুনা ।

অদুবু
শক্তম অমতসু
মমি তারক্তবনা
ঐখোয় অমনা অমবু য়েংনরকই ।

উনরকই
ফত্তবা
ওইদবা
তৌশিন্নবা
তাংকী মায়খুম কয়া উপ্পরম্বা ।

*অমুক্তংদি*

ইশাগী অশেংবা শক্তম
উবা ওয়ুবগীদমক
মমি তাহনবা তারি
মিংশেল অসিদা।

অদুগা ঐখোয়
অমত্তা ওইনা নোকমিন্নরগনি;
ইশাগী অশেংবা
ফজবা শক্তমনা
মিংশেল অসিদা মমি তারকপদা।

*(১৫ ডিসেম্বর, ২০০১)*

# কোলকাতা

নঙগী লৈমায়দা খোঙদারকই
মেঙলবা সূরদা
তপ্পা তপ্পা ঙংলদুনা ঈশৈ।

অতিয়াবু শীংননা লেপখৎলক্লিবা
ৱাখলগী লেপ ফারবা উপালশিংনা
শন্দোকখ্রি মশা মরেং মায়কৈ মরিমক্তা
ঈংলবা নুংশিৎনা চীরোল তৌরুরি,
মনা পুঙলবা উপালশিংদা।

ৱাউথাংনরবা নঙগী অতিয়ানা
লেপ্পা লৈতনা চঙশিনখ্রি
মাঙজিন থারবা খোঙচৎ অমদা
চোকথবা হৈত্রবা থৌনা পুরদুনা।

মপান নাইদ্রবা ঈপাকশিংনা
ঈথকশিংবু তান থাহল্লদুনা
লেপ্পা লৈতনা শক্লি
কবিগুরুগী ঈশৈশিংবু।

লৌবুকশিংনা কৌরকই
নুংশিনা খূৎ হৎলদুনা।
ফীজোল কয়া হোংলদুনা

তরাম্না ওক্লি পুম্নমকপু নঙনা
হে কোলকাতা !
মীওইবগী য়েক্লবা পুম্নবু শীংনরদুনা
নহাক্লা লেপ্লি পাঙ্গল থোক্লা
মসি নঙগী জয়নি মতম চুপ্পগী জয়।

অদুবু ফুটপাটতা
লাওরবা মীৎ জুড়া অনীনা
তিঙক তিঙক য়েংলকই;
য়ৈশল্লকই খাঙঙমদ্রবা চৈনাগী শীংচেপ
শোল্লবা থম্মোয় অসি থুম্না।

মোৎলবা মতম্বাক্তুদগী হেন্না
মফম অমত্তা পীঙমদ্রবী
তোল্লবী মমাদু
মফম অমখক কোয়থি থিহৌই;
অপীকপা মচাদুগীদমক
নঙগী তম্পাক্তা।

লেপ্পা লৈত্রবা
খোঙথাং কয়াগী পরেংলক্তা
য়াওখি ঐগী খোঙথাংসু
থম্মোয়গী চৈনা পুরদুনা;
মীৎ জুড়াগী ব্রাকৎপু
নেৎশিনখি খোঙথাং কয়ানা
ফুটপাটকী উফুল্লক্তা।

(১ মে, ২০০২)

# ঈখৌলাংবা

ইতিহাসকী মল্লবা ফল্লাংদা
থৌরী কোঙ্গোই অমখক য়াম্বুরি
নীংতম্ববু হঞ্জন হঞ্জন শীংনরদুনা
অমম্বা অহিংবু নুংশিনা কোনবীরদুনা
মা নোক্লি ময়াই কানা।

শূম চাদুনা কীম্বুগ্রবা
মীওইবগী থম্মোয়গী থৌনা কয়ানা
তত্তুনা লাল হৌরকই
নীংতম্বগী আশা পুরদুনা
পোম্বোম্নরবা আশাশিংনা
লৈশাং তম্নবা হোংনরকই
অকংবা থম্মোয়গী লৈমায়দা।

লৈশাং তম্লকপদা ঙায়রিবা
আশাগী লৈরাং কয়াবু
য়াকায়রকপদা ঙায়রিবা থম্মোয়গী থৌনাশিংবু
তনফোয় ফোয়দংলমদুনা
থব্রায়শিংনা মপান থোক্লকই
মঙম শান্দ্রবা হকচাংশিংদগী;
অদুবু য়েংউ !
থবায় অমসুং হকচাং
কয়াদনো লাপ্পরিবা, কয়াদনো নক্লরিবা।

নীংঙমখিদ্রবা থবায় কয়ানা
তত্তনা কৌরকই লাপথোকখ্রবা হকচাংবু
"নীংতম্বগী মহাওদি নঙ-গ্রৈনা
নুংশিনা চূপমিন্নগদবনি"।

অচীকপা অহিং লীশিং কয়াদা
থবায়গী তেংথা ঈশৈনা নিল্লক্লি
মোংফম ওল্হোকখ্রবা মালেমদা;
যুগ কয়া কয়া
ইতিহাসকী লৈরোল মরোল মরোল ফাওনা,
ময়াই কাবা হেঙ্গৎলকই
য়াম্থরিবা থৌরী কোঙ্গোই
তারগা থবায়গী তেংথা ঈশৈ।

ফোঙ ফোঙ শারবা
অঙাঙবা ঈগী মহাও
হেন্না হেন্না ঈখৌ লাংলকই।
অদুনা হৌজিক্তি
নোংমৈ চীন্দোন্দা বোমগী মৈনাদা
পাইদুনা চৎলকই থৌরী কোঙ্গোই।

নীংতম্বগী ঈশৈ হন্না হন্না শক্লকই থবায়না
ঈখৌলাংবা হেঙ্গৎলকই অসুম অসুম
থৌরী কোঙ্গোইনা।

(১৩ মে, ২০০২)

# ঐগী নুংশিরবা ইরৈবাকচাশিং

মরূপ থম্মোয়সে পীরবনি
নুংশিবগী লাইজ পীক থন্না হাপ্তুনা।

অৱা নুংঙাইগী লূম্লবা পোৎলুম পুরদুনা
শাংলবা লম্বী লমশাং চৎলক্লে নহাক।
লাঙতক্লরবা ঈখৌ লাংবগী
মঙম শান্দ্রবা খোঙথাংদা
থুংলরে মরূপকী য়ূমদা।

শকখঙনদ্রিবা অরাপ্পগী
নুংঙাই মঙলান অমা
মঙলক্লমগনি নহাক
অতৈমক ঙমদ্রবসু
ইরৈবাক্কী অঙাংবা নুংশিৎকী শহুম্না
থৌগল তৌজবা ফাওবদি ঙস্লি।

অদুগা মরূপ
খুঙংগী চম্লবা অঙাংশিংনা
খূৎ হাই-হাইরদুনা মোমোন নোক্লমগনি।

অমরোমদা
ফূমদিনা কূপশিল্লবা
লোক্তাক পাৎকী ঈমায়দা

চনুরাশিংনা ব্রানা ঈনজিং লোংখোল্লমগনি
ব্রাকৎলকপ্রা থোইবীনা ?
ঈথক-ইপোম নাইদ্রবা
ঈপাক মাগীদমক।

অমুকসু
লাঞ্জেন্নরিবা ইরৈবাকচাশিংগী
তপথদ্রবা খোঙথাং মখোলগা
মায়োক্লরমগনি শোয়দনা
ঐগী ইম্ফাল সহরসিদা।

তাখো মরূপ
গোবিন্দগী নুংশিরবা কাংশি খোঞ্জেল্লক্তা
মমা ওইবীশিংনা
তেংথা ঈশৈ শক্লিবনি।
অকেনবা ঊনাশিংনা
নূজা ওইবীশিংগী
লোন্না শাইনোন খোমগৎখিবগী,
নুংহিক্লবা মপাউ
পাউদম্লক্ত্রা নাপ-চীক্লা ?

পূম্নমক ওইদুনসু
নীংবা কায়খিবদি তৌগনু মরূপ
মসিদি হৌনশানি হৌনশা;
চঙশিল্লিবা খোঙচৎ অমগী পম্বুংনি।

পোত্থাখিসি মরূপ
জগোয় রাসকী নুংশিরবা পুঙলোন্দা

শাখিসি ঙাইহাক্তসু ভঙ্গী পরেং
শকখিসি যুগল রূপকী প্রার্থনা।
লৈরিদা মরূপ —
অরাবগী নুংশাস্বর হোনখিনু
ঙাইহাক্তুংসু ফমখিসি কৈদৌগে
ইবুধৌ থাংজিংগী লাইবুংদা
পেনাগী শৈরোল তাখিসি।

হৌজিক্তি
কৈদৌনুংদা ঈকাই থীদ্রবনি চনুরাশিং
লমজেল চেল্লিবনি শান্নবুংদা
অথোয়-অহেন তান্নরিবনি।

পূক্লিং নুংওল্লকপরা মরূপ ?
উরুরগা অমনবা কংলাগী স্নথোঙ
ফৈদাবুংগী কংলা-শা।

'সি মঙায়রে মরূপ
থম্মোয় তেংনা হায়দোক্লবনি।
পূরগা হনখ্রো থম্মোয়দা
ইমাগী নুংশিরবা শকফমসে।
অদুগা
লৌবিখো
মরূপকী চম্লবা
নুংশি লাইজ
ঈরিক অমত্তং।

(৯ সেপ্টেম্বর, ২০০২)

# অনৌবা চহী

অনৌবা চহী লাক্লে
অনৌবা থৌদোক-ৱাথোক
অনৌবা মায়থোং কয়া লোয়নরদুনা;
ঐবু হৰাউসিরা নহাক লাকপগী
নৎত্রগা কপকদ্রা
অরিবা কয়া অমা চৎখিবগী।

কয়াদি য়াম্মে
নহাক লাকপা খূদিংগী
মায়থোঙ কয়া অমা মূৎথ্রিবা
নীংশিংঙোই হায়বা ঙমদে।

পাঙদে হায়গে হায়য়ু;
মরূপনি
শাগৈ-ঙাইনি
নৱাশিংনি
য়াইতোং-খমদোংবশিংনি
থৱায়গী থৱায়শিংনি
পাম্মুজরবা কয়া কয়ানি।

য়েংঙোই হন্দক্তি
পোত্থাহল্লসি
ইমা-ইন্দোল

ইচে-ইচল
মখোয়গী ফিজী-ফিনা য়ালহল্লরোইসি
ইপন-পম্বৌশিং, ইবুং-ইপ্বাশিং।

অহিং খূদিং
বারুনিগী চীংমায়গুম
মৈরা পরেং পরেংনা
থরান মৈরা ওইহল্লগুমসি।

হে অনৌবা চহী !
ঐগী ইবুং ইপ্বাশিংনা
অঙৌবা ফীজোল শেৎলদুনা
লাইরেন মথেক্কী জগোয় শাবদো
ওম্থোক্লা য়েংজনীংলে।

হৌজিক্তি
মখোয়গী খূৎশিংদো
অমুক্তসু নীংতম্মা হাইজবা ঙমদ্রিবনি
ৱাশক্কী থৌরীনা চেৎনা পুনখিবনা।

অমুক্তদি পুল্লিবা কিশিসে
থোকপা ঙম্লা য়েংলম্মু
শাজনবা খুনগী লাইবুংদা জগোয়;
চোংজসনু থাবলসু হাই-হুন্নদুনা
মসিমদি নীজগে নঙোন্দা
হে অনৌবা চহী।

(২০ জানুৱারী, ২০০৩)

# তাইওন্নবা

ওইজবা পূন্নমক তানশিল্লবা
শারেপ ফারবা মচাশিং
শম্বল খাগৎনরকই
থম্মোয় থম্মোয়দা।

পলেমগী নাউয়োম অদুবু
মচেৎ মচেৎ শেগায়দুনা
লেঙদ্রবা যূমলেপ চারা লিংখি।
অপোকপী ইমানা
শীন্থরক্লি থম্মোয়দা পিরাং।

চেন্থরক্লিবা ঈগী ঈচেলদা
অপোকপনা ঙায়রি
তাউথরকপা নুংশিগী লৈরাং;
নোংমা থাজখিবনি চেকশিন্না
পলেমগী শীয়োমনুংদা
নুংশিবগী লৈরাং চারাশিং।

অদুবু মরূশিংদুনা পোকখায়রকপদা
ময়ি চৎহল্লম্লে থম্মোয়বু
কূপ্লবা পীক্লবা মরাশিংদুনা
অদুগা হৌগৎখ্রে থিনগায়দুনা
তিঙ্খংতনা য়োম্লবা
কেক্তস পাম্বী ওইনা।

(২০ ফেব্রুবারী, ২০০৩)

# অহিং

ঙানু থঙ্গোং জুড়াদুনা
তান্নরি নুমিৎপু
লূরবা লাইজনুংদা
মাগী মেঙলবা মঙালনা
লক্ল-লক্ল চেনবদু উরগা।

থাবল মচুগী মথাদুনা
ঙৌথোকহল্লবা ঈশিংদুবু;
ফাগে হোৎনরি
ঙাংলবা চীনবানদুনা।

তথক তথক্লরক্লিবা মশাদুবু
লূপশন্নবা হোৎনরক্লি ঈরোন্নুংদা
হেক্লুনবা লৈচিলগী নাচোম অদুবু;
থেৎপীনবগীদমক
ঈৱায়-ইনিল তল্লক্লিবা
মশানৌগী নাপদা।

কোরৌহনবনা
মঙালগী লীলা
শান্নরি লেপ্তুনা।
চোকথরবা মশানৌবু
অনৌবা হানৌগী মতোল চীক্তুনা
নাউথেমবীরি ঊনাগী থাকল মখাদা।

ঈকাইরক্লবা কোরৌহনবনা
মোমোন মোমোন নোক্তুনা
লোংশ্রে
নোংচুপ চীংগী মরুমদা।

অমমম্বগী কাঙখল থাদরক্লি
মালেম্না লোংলি তথক-তথক
ঙসিদি ওম্ফোক্লা তুজুং-মাঞ্জুংনরি
অকনবা নোংলৈ হুমখি,
অমম্বদা খূৎ কয়া তিংথোক্লকখি,
মশানৌগী থবায়না অসুক্কী মতিক
কন্না নীকখি।

মঙালগী ফীজং হাইদোরক্লে
শান্নবা হৌরক্লে নুমিৎনা
তাংথক নাইরবা মঙালগী
ইপোমশিংগা য়াওন্নদুনা।

নাইতোম তাহৌরবা
ঙানু-থঙ্গোং লাবনা
মৈচাক পূম্বা পুরদুনা
মশানৌবু থিরি।
ওম্ফোকপনি!
তাইবঙ মীতমলক্কদৌরিবা মচাশিংবু
মশানৌগী নাউয়োম্না চেৎনা থাগোন্নখিবনি।

(১ ওগষ্ট, ২০০৩)

# ঈকাইবা

য়াম্না ঈকাইনা
মকোক খুল্লদুনা
তপ্পা তপ্পা
অসুম চঙশিনখি
লুপানা।

ফম্লুই অচুম্বগী ফিদাদা
নপচ-তাংজদুনা।
থেংলকপদা হৈনদ্রবা
অচুম্বনা
ফুক হৌগত্তুনা চৎখি।
তাঞ্জা অসিতবু লুন্নম্বা লুপানা
পোওনা ফমখি অচুম্বগী ফিদাদা।

(৯ নভেম্বর, ২০০৩)

## কায়নবা

অঙাঙবা আবীর চাইরক্লে
নুমিৎনা,
কায়নরমদাই য়ৌরকপসিদা
অতিয়াগা।
মশা পূম্বা ঙাংশঙ ঙাংলবা
মচু তৈশিল্লদুনা
হন্না হন্না তেংথারক্লি
পাম্বে লৈত্রবী নুজাগুম।

ঙাথু থেংথু খাঙলকই
চৈথেং পূম্বা,
চপ তিংনা লেপ্লিবা চীংদোন্দা ঙারদুনা।
মৈচাক পূম্বা হৈজীনবিরবা চীংদোলশিংনা
মুশুক মুনা কাহৎলকই
খায়না মৈচাক্কী নুংশিৎনা হুম্বদা।

অয়ুক্তা
চীংশাং পরেংশিংনা
পুরকখিবনি নুমিৎকী থুম্লবা মপাউ;
চেক্লাশিংনা শকখিবনি
নুংঙাই-ঈশৈ
হাঙলবা অতিয়াসি
শীন-থুংনা পাইরদুনা।

নুমিৎনা মোমোন নোকখিবনি
মশাগী মিরেল উবা ফংবদা
লূরবা লাইজগী ঈরোন্নুংদা।

হৌজিক্তি অহিংনা কামশিনবীরে
অহিংবা থম্মোয়শিংদা
অমম্বগী তমথীরবা মন্ত্র
অদুনা পিরাং শীন্থবা হৌরক্লি
থবায়শিংনা লেপ্তুনা।

অদুবু কুইরোয়
অয়ুক্কী লীক্লানা শোয়দনা চাল্লরগনি
থম্মোয়শিংদগী পিরাংদু;
য়াকাই ঈশৈ শক্লগনি চেক্লাশিংনা
খূবাক খূরদুনা।

থোনবিরগনি মালেমবু ফীগে ফনেক
অনৌবা খুদোল ওইনা নুমিৎনা।

(৩ ডিসেম্বর, ২০০৩)

# ঐগী শৈরেং অমসুং পুন্সি

শৈরেং ওইবা ঙমদ্রবা ৱাহৈশিংনা
পৈখৎলকই অসুম অসুম
লেপ্পা লৈতনা
পূক্নিং অসিদা।

মতম কুইনা
ওমদুনা থল্লক্লিবা ৱামৈগুম
চাক্লি ৱাখলদা ঙাংশং ঙাঙনা
করিগুম্বদা, অঙাঙবা মৈবু
উৎকে খন্না হাইদোক্লুবদা
ওনখি
লোথরবা অঙৌবা উৎ।

মপাম্থোংদা মশক উৎথোক্লীংবনা
ঙাওনা ফৈনা চেল্লি
চীংলক্কী ঈচেলগুম
ঐগী পীক্লবা কোক অসিদা।

অমুক্তসু শৈরেং ওইবা ঙমদ্রবা ৱাহৈশিংদুনা
তত্তনা দাবী তৌরকই
মখোয়বু হিংহল্লু
হায়হল্লু করিগুম্বা খরা।

খল্লুই
করিগুম্বদা
থাদোক্কখিবা তারবদি
নীংতম্না মখোয়বু;
কনানা খঙগনি
তাদুনা লৈরম্বসু
চীংয়াগী অচীকপা লম্মাংদা
নৎত্রগা মোর্গতা
ঐগী শৈরেংনা।
নৎত্রগনা
পোকপদা ঙায়জরিবী নৌজরিবী মহাকপু
হন্না হন্না নৈহৎখ্রবদি
নৌরবী লৈয়োন ফাওনা
অপাম্বা খরগীদমক।
অকিবসিনা ঐবু
পোখাহন্দে মীকুপ অমত্তা,
তনিক তনিক্লা খাঙলি
অহিং খূদিং
অতিয়াগী থৱানশিংগা মীৎচানদুনা।

অদুবু
শাথেংনদ্রিবা মখোয়নদি তত্তনা লাউরি
থনুং অসি চেকখায়বমখৈ —
লৈরি অচুম অরানগী বিচার
কিরুনীংঙাই মরম লৈতে;
অদুনা ফংহল্লু ঐখোয়গী হক
অমুক্তদি হায়হল্লু চীন পেন্না।

হায়রি অমুকসু
মখোয়বু শাফোঙহল্লু
অঙৌবা চেবাংদা
মদুনা ওইংগনি
মহৈ য়ানবা পুন্সি।

(২০ ডিসেম্বর, ২০০৩)

# লীলা

কাফে কাফে থাংলিবা ইচাগী খোঙথাংগা
খোঙখাগা মালেমগা
শোক্লবা ঙমদনা
চিংন-চিংন চৎলি।

ফাগদবগী হোৎনৈ
তমোল তমোল্লবা খূৎতুনা
অপীকপা য়েন্নাওদুবু।

মাঙ তন্নিবা
পুন্সিগী অনৌবা লম্বী,
ঐনা শাগৎলি
পুন্সিগী য়ূম অমখক
অকনবা নুংশিৎ
অয়াকপা নুংশা
অমম্বা অহিংগী নোংজু মরক্তা
থব্বায়না লৈ ঈংনা পোত্থাদুনা।

ইচাগী খোঙথাংগা
ঐগী আশাগা চৎমিন্নরি;
ঈংলবা মায়থোঙদা
শন্দোক্লকই মঙালগী ঈথক

মঙালগী শাফূলক্তা ·
পুন্সিগী মঙ মঙফাওনরি ঐনা।

আ! কয়াদা থুন্নিবা পুন্সি অসি!
পুন্সি লীলা শান্নরি ঐনা
ইচাগী মতৌদা;
ইচানা শান্নরি
মোল্লবা অপীকপা য়েন্নাওদুবু।

খংপ্রেক খংখি;
কূপ্লবা ময়া অনীদু
কন্না খিগত্তুনা
খঙমেৎ মেৎশিনখি
য়েন্নাওদুগী চরমদা
মীকুপ'মতনি মূক্রুখিবা
থব্বায় মচাদুনা
মোল্লবা ইচাগী খূবাম্মুংদা।

ঐনা মুল্লুই থব্বায়দু
ইচাগী পেঞ্জবদুবু
উরী-ব্বারীগুম্না ফোয়দৎখিবদা
কপখি শিথ-শিথ
মাঙদনা তারি পীক্লিবা য়েন্নাওদু
ময়া লাওনা কারদুনা।

করিগীনো খঙদে
উরকই ঐনা য়েন্নাওদুবু

পীক্লিবা ইচা ওইনা
পুন্সিগী য়ূম নীংখায়রবগুম্না
অকিবা ফাওরদুনা পূক্লিংদা
চেজেং কোনশিনখি ইচাবু ইথানুংদা।

(২৫ ডিসেম্বর, ২০০৩)

# লীপূন

কুইরে
অনৌবা চহী লাকপা খূদিংগী
খুদোল অমত্তুংদি তমগে খল্লি
নঙোন্দা মরূপ,
অমুক্তসু ঙমখিদে।

ঙসিসু লাক্লে — অনৌবা চহী !
ৱানা খাঙলুরে
অসুক কুইবা মতমসি
নোংমৈ খোঞ্জেল নহ্বো পোরদুনা
পঙচেন্দা চেল্লুরে
লেপ্পা লৈতনা।

লৈতারুদ্রে থৱায় অসিসু
ইচে ইচনশিংগী ফিজী-ফিনা
হুমদোকখিগদ্রা খন্দুনা
অঙাওবা অকনবা নুংশিৎনা।

হৌজিক্তি মীকুপ অমত্তা ওইরবসু
নঙগী ননাকসিদা পোত্থারগনি।

নঙবু নীংশিংদবা নত্তে মরূপ !
কাউখিবা নত্তে থৌদোকশিং —

চীংয়াগী লম্পাক্তা শান্নখিবা
চেন্না চোংনা,
নৌরিবা থৱায়শিংনা অকিবা য়াওদনা।

লোক্কী ঈংলবা ঈশিং থকখিবা
হৈজামপেৎকী খোয়থুন্নরবা মহাও
কাউদ্রি ঙসিসু অমত্তা কাউদ্রি।

য়েংউ মরূপ,
অহিং খূদিং থৱান চরোংশিংনা
অতিয়া শীন্না ঙাল্লি
নঙ-ঐগী
থম্মোয়গী লীপূন্নি থৱান-চরোংশিং
তৎলোই কৈদৌনুং
চিংথোক্লবসু কয়ারক হিগায়-খূৎশিংনা।

মরূপ,
চীংগী নাপোম থুংনা চাক্লিবা
লাম্মৈগী মৈরীনা ৱায়দবা নৎত্রা
নঙগী থম্মোয়দা ?

য়েংউ নোংঙাল্লমদাইগী লীক্লানা
চামথোকখ্রে লৈরাংশিংগী মায়থোঙবু
নঙগী মায়থোঙসু চামথোক্লো
ঈংলবা লোক্কী ঈশিংনা।

অহিং চূপ্পা
খৃষ্টমাসকী কেরোল শক্লুবগী

চোকথরবা মীৎম্নাদু তেকখৎনবা।
হৌজিক্তি লাক্লবনি অনৌবা চহী
তাররোয় অৱাবা ৱারী অমতসু
অদুনা, ঐগী থম্মোয় কপ্পরোই
নঙসু তৈথোকউ মরূপ,
শীম্বরক্লবদি মীৎলুদা পিরাং।

সেঃ খূৎ শোক্লসি
তিংথোক্লকউ নঙগী খূৎ,
চেৎনা পায়শিনগে ইখূৎ অনীসিনা
ঐগী খূৎপুসু পায়য়ু
নঙগী খূৎ অনীনা চেৎনা।

অমুকসু
কোন্নসি মরূপ চেৎনা
থম্মোয়গী মৈশা মুৎখিনি শোয়দনা;
অদুগা-পায়য়ুসে
তখেল্লৈ, চীগোংলৈ, কুন্দালৈগী নাচোমসে
খুদোলনি অনৌবা চহীগী
কুইরবনি ঐনা পীগে খল্লক্লিবা।

(৩০ ডিসেম্বর, ২০০৩)

## জহেরোদা

হে কবিরত্ন
নঙগী জহেরোনা
মায়থিবদি
নুংশিবগী মফমদনি
চমজরবা
নুংশিবগী অমুবা ফীজংনা কৃপশিল্পবা
কুঞ্জোগী থম্মোয়দনি।

মায়থিহনবনি নমদুনা
সমাজগী মল্লবা ফিজেৎতুনা।

পাঙ্গল শোল্লবী মাবু
চিংহনখি ধর্ম্মগী ঊইরবা থৌরী
নীংথেংননা তুরবদা
য়ৌখিবনি সদিয়া
লোৎখিবনি থৌবাল মাম্মগীদা।

উপাই লৈত্রবী মানা
নুংশিবগী থৌরবা থৌনাদুদা
মায়থিহনখি মশাবু
লৈরাং ওইনা।

অদুবু হৌজিক্তি —
কুঞ্জো কয়ানা উপাই লৈতনা তেংথারি
মহাক্কী নৌরবী লৈনাবু
মমাঙমক্তদা নুংশি হৈতনা থদৎলকপদা;
থম্মোয়গী শেংলবা লাইজবু
নৈখায়রকপদা
তমথিবা খূৎশিংনা।

য়াওদে মখোয়দা
ধম্মগী অথিংবা পল
চরাম্নরবা কৈশালনি মখোয়দি;
নৌরিবা শজিশিং অসিগী
মরূ-ময়াং শায়রিবনি।

করিগুম্বদা অমুক হন্না
খোঙ্গুল অমতসু থিবা ফংলোই
নৌরিবা শজিশিং অসিগী।

নঙনা কিগদবদি জহেরা !
মান্নবা মীৎয়েংদা উরিবা
মীওইবগী লীচৎ অসিনি
কৈশাল ওল্লবা মীওইবশিংসিনি।

খঙঙু জহেরা —
ধম্মগী চাউরবা পাম্বীশিং
হৌজিক্তি ওম্না মরায় লূকখ্রবনি।

হে কবিরত্ন
হৌজিক্তি কুঞ্জোবু পুথোকপা মতম ওইদ্রিবরা ?
জহেরাবু মাগী থম্মোয়নুংদা লোৎখিবনা ফৎত্রা ?

খুনাম য়াওনা মুৎখিগদৌরবী
জহেরা লীশিং লাখাগী খোল্লাও
নঙ তাদ্রিবরা ?

নঙগী জহেরানা
মিতাবগী মৈরীলক্তা
চাকখিগদবগী শরুক উৎ ওইনা
নুংশিবদা মায়থিবনা ফত্তরনে ?
হে কবিরত্ন !

*(৩০ জনুৱারী, ২০০৪)*

## পুন্সি য়ু

পুন্সি য়ুবু পেন্না থক্লদুনা
ফৃমদিগী তাইবঙ অসিদা
নোমহৌ নোমহৌ
ঙাওরবা কোক অসি পুরদুনা
মতম কয়ানি লেল্লক্লিবা !

চীবোন চীবোন
মীবাগী নুংশিৎ মপৈ মপৈনা
হৈথরক্লবসু অকনবা ইঙেনগী নোংগুম্না
হায়য়ুনে ?
কনাবু য়াওরিবগে
পুন্সি য়ুবু থক্তুবা ।

তত্তনা চেন্থরক্লিবা
মতমগী ঈচেন অসিদা
কয়াম কুইনা পম্থুংগী ঈপাক্লা
ঙাক্তুনা থমগদবা
অরুবা, অশেংবা, পূক্লিংগী ঈচেল !

লেপ্তুনা তূংশিল্লক্লিবা তাইবঙ লীচৎকী
মপং মপং নাইরবা কুয়োমশিংনা
মরোল মরোল তূংশিল্লক্লবদা
ফৃমদিগী লৈরোল ওইনা;

করম্না পাল্লোই নেশা
পুন্সি য়ুবু পেন্না থক্নুনা।
অৱাবগী ঈরাওখোলনা
ঈচাউ ওইনা থুম্নাৎলরবদা;
পেন্দবগী খূত্তুম্না
শুদংগীরবদা থম্মোয় অসিদা,
করিগী খাঙলোই
পুন্সি য়ুবু পেন্না থক্নুনা।

অপাম্বগী লৈরাংনা
শজিবুগী নুংশিৎ মরক্তা কেনখ্রবদা
লৈনা চোইনা;
আশাগী চীংজাওনা
কীন্থরক্লবদা পাঙদবগী য়ুহার মরক্তা
করম্না কাউথোক্লোই
পুন্সি য়ুবু পেন্না থক্নুনা।

অমম্বা তোর্বানগী লম্বীদা
পীরি মঙাল হৈনিংবগী,
জয় তৌবগী ময়াই কারবা ৱাখলদা
থোইনা হাপ্লি নাপলগী মতীক।

লম্বী লমশাং চৎপদা
চোকথরক্লবা মতমদা
শমদুনা পুরি পুন্সি য়ুনা;
অদুনা পেন্না থক্লিবনি
পুন্সি য়ুবু
তাইবঙগী শক্তম মপুঙ ফানা য়েংনবগীদমক।

(২১, এপ্রিল, ২০০৪)

## নিংঙাই

অনৌবা ঊনাগা
ঐগী পূক্নিংগা
অয়ুক খূদিংগী
তত্তনা খৎনৈ।

করিগীনো ?
তূন্নিবা মীৎ অসিবু
তত্তনা মানা লীক্না চাইশিনবীরিবা
চীংখৈ লাইরেম্বীবু খূৎ শমদুনা পুরক্লিবা
থোঙজিন তম্না।

অদুগা চাইশিল্লরি
মঙালগী লৈরাং চবুন-চবুন।

মাগী মচৎসি
খরদি হেনমল্লবনি
চঙশিল্লুগনি লেপ্পা লৈতনা
হঙ্গোইবা অমতসু পোক্তনা
মীওই খূদিংমক্কী থম্মোয়দা।

খঙদে থম্মোয়নিবু হায়রবদি
মহাক্না খাক্লম্বা তৌদ্রে
ওঙ্থোক্না ঈকাইবা খঙখিদ্রে।

খুইথরক্লবা থম্মোয়গী লৈয়োনশিং
আশাগী নোংলিক খীক-খীক্তুনা
তেখৎহল্লি মপুঙ ফানা।

অদুবু ঐনা কিরিবদি !
তনৌ তনৌরিবা অশংবা মচুশিংগী
ঈথক-ইপোম্না,
হেক থুংখিবদা নহাশিংগী থম্মোয়দা
বোম ওন্দুনা পোকখায়রকই
অদুগা য়েল্লি লৈনমগুম
অঙাঙবা ঈখেংনা।

আশাশিংনা লেঙ লেঙ চৎলকই –
থম্মোয় অমদগী থম্মোয় অমদা,
লীক্লাংগুম লেংশিল্লকই
হুকচিল্লি ঙকশমদা।

অদুদগীদি চৎখি
ফাঁসিগী থৌরী কোঙ্গোয় ওম্থোক্তুনা
মোঙফমগী লম্বী তম্না।

মসিগীদমক্তি
অয়ুক খূদিংগী
অনৌবা ঊনাগা
ঐগী পূক্লিংগা
হেক হেক নিংঙাইগী থৌরী চিংনরিবা

খঙদে
মরম অমদি লৈরে;
লাম্থোরক্লিবা
মাগী শঙবান্নরবা
নৌরবা রেশমগী খূৎ অসিবু
থম্মোয় খূদিংমক্কী খূৎনা
চেকশিন্না পায়জবা ঙমদ্রবরা ?

(৩ মে, ২০০৪)

# পুন্সি অমা চুরূপ অমা

চুরূপ মচৈ অমখক
শূপ্লগী মচৈ অমখক
থকউগে উপালসিগী মখাদা
মীকুপ'মত্তং মরূপ।

মাঙদা য়াতারি লৌবুক্লা
অশংবা ফনেক্কী ফিদোন চিংখৎলদুনা,
তুংদনা লেপ্লরে
অশংবা লূহুপ উপ্তুনা
নেমপক নেমপক চীংদোন্না
ঙসিসে কয়াদা লাইবক ফরিবা।

মৈরীক্কী কোঙ্গোলশিংনা
মরী-মরী চঙশিল্লক্লি অসুম
খৌগংলবা চীনবাল তম্না;
তপ্না তপ্না তুমশিল্লক্লি,
তাম্থি ওনখ্রি লৈমায় তম্না
পুন্সিসু তাম্থি ওল্লক্লি
নুংশিদ্রা মরূপ
পুন্সিসে চুরূপ অমনি !

মীকুপ'মতদি মীৎ উইশিন্দুনা
স্বর শাংনা হোন্দোক্লুনা
থনুং য়ৌনা চিংশিনখিগে
মৈখুশিংসে !

কনানা খঙবা
মফমসিদসু পাইরকপা য়াই
মিহৌ চাউবা, চরাম্নরবা লঙজা শঙ্গুদু
কোয়চেন হেক চেল্লবা য়াই
ঐখোয়,
পাকথফম থিরকপা য়াই
মচী-মরুম
খোংবান-লূক্লাং
উখোঙ-ম্নাখোঙদা ।

অহিংদা
মৈরা ওন্দুনা নূপীনা
লেপ্লবা য়াই থোঙ্গান থোঙ্গান্দা
ইচাশিংনা
ধারনা ওন্দুনা
ফমখিবা য়াই —
খ্বাইরম্বনদা
স্কুল মমাঙদা
গলি-গলিদা
লৈরক লৈরক্তা
ওফিস মমাঙদা ।

অদুগা
থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং মচেৎনা
অপুন্বা শাদোং ওন্দুনা
পনখিবা য়াই
অব্রাংবা পামেলগী উশাশিংদা।

তাঞ্জাসে অসুক নুংঙাইবা
অসুক ফজবা
নাম্থোকহন্নীংদ্রে মরূপ;
অদুনা ব্রারৌগনু
শূপ্নগী মীকুপ'মত্তং
চুরুপসে থক্কে
খৌরাংবা কোক্লবা।

(২৪ জুন, ২০০৪)

# ঐনা হায়রি

লমকেৎপীনি হায়রক্কনু
হায়গনু লমহেনবীনি হায়নসু ।

কুইরে
পোকখায়গদৌরবা
মৈগী চীংগী থম্মোয়না
ব্রোং ব্রোং শৌদুনা খাঙলিবা ।

মশীং থিঙমদ্রবা
নোংজু কয়ানা
চামথোকখ্রবনি
নঙগী মক্লবা পৃকচেল ।

অদুগা করিগীনো ?
নোংমতসু
খুজেং অসি পায়দুনা
খুৎশম্লনা চৎপা ঙমদ্রিবা
পুন্সি লম্বীদা ফোঙনা ।

নঙগী খূরবা মীৎয়েংদুনা
মতম চূপ্পদা
উই ঐবু
তোঙাল্লবা হকচাং পোলাং অমা ওইনা ।

হৌজিক্তি ঐনা হায়রি;
ঐবু য়েংউ
মরূপ অমগুম্না
হায়রক্কনু হকচাং তঙ্খায়নি হায়না;
য়েংউ থম্মোয় ফাওনা
উগনি মান্নরবা শরূ পোলাং।

লৌথোকখো —
মিহৌগল্লবা তোঙশাশিং
খাগৎহল্লে মসিনা
চাউরবা পল অমা
নঙ-ঐগী ময়ায়দা।

হন্দোকখ্রবনি ঙসিদি
ইরালগী পোৎলুম থোঙ্গৎপা য়ানবা
নঙনা য়োমশিনবীরিবা কুয়োমশিং।

অদুগা
থব্রায়গী অশেংবা
পম্বুং অমগীদমক
চৎপা হৌরবনি
নঙগী লম্বীসিদা।

(১৫ জুলাই, ২০০৪)

# নুংশিবা

তপ্পা তপ্পা :
লৌখি নঙনা
ঐগী লৈজরম্বা ইরল পূম্বা ।

ওম্থোক্লা হৈখ্রে
নাশোন পীক্লা পীক্লা
চঙলকখিমানে ইনাকসিদা
শহুম অমতসু তাহৌদে ।

নত্তে নত্তে !
লোয়নদুনা অদুমক লৈরম্লে
ইশামক্কা নহাক্তি ।
লৌথোকপীখ্রে নঙনা
শুম্মাংথ্রাই পুরবা মীংয়েংসু
মন্নাক চামহনখিরে
ময়াই কারবা মায়থোঙসু
হৌজিক্তি করিসু লৈহৌদ্রে
ঐগীনি হায়বা ।

নঙবু কয়াদা শাউনীংলম্বা !
পেন্দ্রবা থস্মোয়সিনা
নুংশি হৈতে,
পূকচেল কনমল্লি খল্লুই ।

অদুবু হৌজিক্তি
কয়াদা নুংশিরবা নহাকপু
পূম্নমক লৌথোকখিবসিনা
ইফমদগী,
খাক্লুদ্রেদো
ঐগীনি হায়বা
শরুক অমত্তসু।

লাঙ্গোই চনশিল্লম্বা
অপাম্বনা
ঐবু হন্না অমুক্তসু য়েংলক্ত্রে;
নীংতমজরেদো হৌজিক্তি
নুংশিবা হায়বা
তুশোন-মানশোন্নবা মঙোন্দগী।

পূম্নমক চৎখ্রবা তুংসিদা
ঐগীনি হায়বা খাক্তনা
করিসু লৈহৌদ্রে ইশা অসি
থিরুবদসু লৈখিদ্রে ঐ হায়বদু।

ও!
করিগীনো ?
মীপূম খূদিংমক্তা
চঙশিনখ্রিবা ঐগী থব্বায়না
কৈদৌঙৈদসু হায়দবা ঙম্লক্তে —

"ঐনি
থম্মোয় ফূক্না
তেংথা-নাওইরিবী মমা।
ঐনি
তগৎ-তগৎনা
মৈশা ফংলবী লৈরাং।
ঐনি
চীংনুং মানুংদা
ৱাশক ঙাক্লিবা অথৌবা।
ঐনি
তোম্থরবা
মবুক হাপ্লবা শীন্নীশিং"

হৌজিক্তি
মাঙখ্রে ঐগী ওইবা পূম্নমক
চাইখায়খ্রে ইরল পূম্নমক
মীয়াম মরক অসিদা।

(১৮ জুলাই, ২০০৪)

## অনৌবা পুব্রারী অমা

নোঙ্গৌবী,
লাউ তুরেল তৌসি
ঈরম খোংলম চুম্না চেলহন্সি।
ঐখোয়গী লৈফম্নি
তম্পাকসে, চীংসে
কনাবু লাক্তুনা তৌবীগনি তুরেল
নখোয় ঐখোয় নত্তনা।

লোৎকনুনে নঙবু নোঙ্গৌবী
ইচা শুম্লি হায়গনু
খোম্লাং মায়োক্লরি খুমগনু
অততাইনিনে অততাই
হেনফদ্রবা ইথৌনি।

পারি তোম্পোক চাউরগা
ইমোম শারেপ ফারগা
খৌগংলবা থব্রায়না
লাইজ ঈশিং থিরক্কনি।

চক কয়া কয়া
চেম্থহৌসনু লেপ্তনা
খোয়থুম্নবী, থব্রায় য়োকপী লাইজসে
লাউনে নঙবু নোঙ্গৌবী।

ওন্থোকপনিদকো নোঙ্গৌবী
ওন্থোক্লসু থম্মোয় শোনখ্রেদকো
নৎত্রগনা নোঙ্গৌবী ?
খল্লিব্রা পূক্লিংদা
'অহৈ-অপা শামল্লি
লৈবাক থৌবু পুমল্লি।'

নত্তে নত্তে নোঙ্গৌবী
মদুম্নদি খনগনু
লৈবাক হায়রসু ঐখোয়নি
য়াওদনদি নঙ-ঐ
লৈবাক করম ওইগনি।
হুমাং ঈরিক শীন্থদা
ঈখেং তানা তৌদনা
করম ঈচেল নাইরক্কনি।

নঙবু লাউনে নোঙ্গৌবী
মাঙগদবা হকচাংসে
মাঙখিসনু কৈদৌগে
শান্তি পুবা ঈরিকসে
চেলহল্লমসি মালেম থুং
তুংগী মীরোল মীরোলগী
ইরমসিনে
অনৌবা পুন্নারী অমা।

(১৩ ওগষ্ট, ২০০৪)

# নেতা ইরাবত

জীবন ব্যানার্জীনা
নুংশিনা কৌজে
হে বিদ্রোহী মহাবীর;
নহাক্কী মরূপ
হেমাঙ্গ বিশ্বাসনা
নুংশিনা থোনজে
'সিমান্ত প্রহরী';
মীয়াম্নদি নুংশিনা কৌজে
'জননেতা'
পাওদ্রবী নচানদি কৌজনীংঙি
'অপোকপা'।

নঙদি নিপালক্তগী অথোইবনি
শিনশু হৈবনি
কলা-প্রেমিক্নি
লময়ানবনি
য়েক্লববু মাঙ তাকহনবনি।
হৌজিক কনানা ঙাক্লিবগে
নোংপোক ভারতকী ঙমখৈ ?

মঙ মঙখি মান্নবা খুন্নাই অমগী
মীওইবগী চাওখৎপগী
মাঙদা চঙশিল্লিবা লম্বী অমগী

অদুবু ঐনা হায়জরি —
মঙ তমদুনা
তূমখুন হুল্লিবা নঙগী নচাশিং
মীকপ অমুক্তদি থোকহনবিয়ু
অপূনবগী ঈংলবা নুংশিংনা হুমদুনা।

হে নিপা থোকপা !
মীংয়েং শান্না উঙম্বা
নঙগী য়াকায় ঈশৈনা
চিংথোকপীখি নূপীশিং
ইমুংগী কাখূ'নুংদগী।

হে থম্মোয় চাউবা;
খায়খিবরনে নঙনা মীওইবগী
জাৎ, কুচু, ধর্ম্ম।
পূন্নমক্কী থম্মোয়দা
তম্বীখি নঙনা মহামন্ত্র
'ইমাবু নুংশিবা
পোক্লফমবু কঞ্জবা'।

ধর্ম্মসিদা দীক্ষা লৌরে নচাশিং হৌজিক্তি
অদুবু ফীজোলদি অঙকপনি
অমুবা মচু শেংলদুনা
অমম্বা অহিংদা
নহাক্না ঙাকচরম্বা ঙমখৈবু
লোন্না-লোন্না শেংতোক্লবা হোৎনরি।

অদুগা অমুকসু মীওইবগী মমল লেপ্লি অসুম্না –
‘থবায় কল্লুবগী ৱাইনুগী মকোকপু
শায়গায়বীরি কৈশালশিংনা’ ।

হে পোরম উগনবা !
হৌজিক করি তৌগনি
লম্বী অমতদি উৎলু
নঙগী মণিপুর মঙলাক্লরি;
নৃপীশিংনা শম পুনশিনবদি লায়রদনা
মায়কৈতনা ফিজেৎনরে,
পেন্দবগী খোল্লাউদা
ইবুধৌ পাখংবনা
কংলাদা তুথূপ তানঙমদ্রে ।

হে মঙাল পুবা;
হৌগৎলু তূম্লগনু
অঙ্গো চীংশাং নাপোমগী
তাংবো খুলদা;
পুরক্লো মঙাল
নঙগী মণিপুরদা ।

হে মহাবীর
হায়খিবদাইনে নহাক্লদি
‘স্বাধিন্তাগী নুমিৎ থোরক্লে’ ।
অদুবু নচাশিংগী থৌনাদি
পাইদুনা চৎলি ককঙাওননা
বম মচেৎতা, নোংমৈ গুলীদা ।

হে লময়ানবা কবি !
নোং ঙানবা লৈখিদ্রবা
অমম্বা অহিংসে লোইখ্রসনু
মঙালগী নুমিৎ থোরক্লসনু
সনা ফৌনা লৌমীশিংগী যূমদা খোঙদোইরক্লসনু
লেপ্লসনু নচাশিং অপূনবগী শক্তিদা;
তাম্থোক্লরসনু
মীওইববু নমথরিবা শারোয় ঙারোয়শিং।

হৌজিক্তি নহাক
শোয়দনা লেপ্তুবা য়াদ্রবনি
অচুম্বগী ফিরাল পায়রদুনা
নচাশিংগী মীৎকী মাঙদা।

(৩ সেপ্টেম্বর, ২০০৪)

# অমুবা মীৎখূমফি

নচাশিংগী মফমদা
য়েংলমগদ্রনে ?
অচান-মীরায় নাইবা মীৎয়েং
থাজদে !

মালেম্নদি নঙবু শোন্নে
মচা চানবীনি, নুংশিহৈবীনি।
অদুগা করিগীনো ?
সংস্কারগী মৈখুনা
মচী মচীদা লেপ্তুনা কারিবা;
নহাক্কী গনতন্ত্রগী চান্দুৰানা
ৱানা খাঙলি মৈশা মরকসিদা।

মৈ চাক্লক্লি !
নোংপোক ভারতকী চিদাইদা মণিপুরনা
হিংবগী মহাও য়াওদ্রবা পুন্সিশিংগী
পেন্দবগী মৈহুম্না
মৈ চূরুরি নোংপোক ভারত্তা।

করিবু লানখ্রবগেনে নচাশিংনা
ইমাগী নফমদা ?
করম্বা প্রায়শ্চিত্তনো
নচাশিংবু তৌহল্লিবা লেপ্তুনা ?

অন্ধ্রদা, গুজরাত্তা, নোংপোক ভারত্তা
কাশ্মীরদা মফম খূদিংমক্তা
মসিনা নঙোন্দা শান্তি ফংলদ্রা ?

গান্ধারী ঃ
কনাদনো নহাক্না কৎলিবা শাপতুবু ?
নমাঙদা হৌজিক কৃষ্ণ লৈতেনে
শাপ ফংগদৌরিবদি নচা ঙাক্তনি
দুর্য্যোধন্নি, দুঃশাসননি
নচা চাম্মনিনে ইমা !

পিতারাজ কুরুপতি ধৃতরাষ্ট্রনা
মঙাল মচেৎ অমতা ফংদনা
অমম্ববু থাগোন্নদুনা লৈখিবনা,
নচাশিংগী মরেপ ফারবা
ব্রাখলগী উপাল অসিবু
উবা ফংখিদে।

নহাকসু ইমা !
অমুবা ফীজেৎনা
খূমজিন্দুনা থমখিদো
অচুম্ববু উরিবা ফজরবা মীৎপু
সতীগী মিংদা।

নচাশিংনা পেঞ্জরমগদ্রনে ইমা ?
পিতা নিংথৌ,
ইমা মহারাণী অনীমক্না
মঙাল উদ্রবা মীশকশিং ওইখিবদা;

মদুমক্তননি ইমা, নচাশিংগী
অশোনবা মায়কৈ উখিদবা !
অচান-মীরায় নাই হায়নরিবা ।

লান পামদে,
মখোয় লান পামদেনে ইমা
অদুবু শাগৈগী মিংচৎ ঙাক্লবগীদমক
রাজসিংহাসনবু কন্নবগীদমক
মখোয় চৎখ্রে অশুকপা লম্বীদা;
নিপা থৌদাং উৎনবগীদমক
অচাকপা মৈরীগী কোমদা
চোঙশিনখিবা তাবনি ।
মসি নৎত্রবদি শোয়দনা হায়নখিগনি
শাগৈগী মৈতাল অশিবা ।

মরাল থিগনুনে ইমা !
মখোয়বু য়েংবিয়ু নুংশিবা মীৎয়েংনা
মপোক থীরবনি মখোয়দি
নঙগী ফজরবা পুম্নমুন্নরবা
থম্বালগী মীৎস্নানা
অমুক্তসু নুংশিনা য়েংবীখিদ্রবনি ।

নচাশিংগী হকচাংনা লানফমদা
অঙাঙবা লৈগুন্না
ঈখেংদা লূপ্তুনা তাদ্রিঙৈ;
নমৌ-ঈবেম্মশিংগী লাইবক্তা
অমুবা চন্দন্না লৈতেংদ্রিঙৈ

হাংদোকউ গান্ধারী
নওগী অমুবা মীৎখূমফি।

অদুগা শোকপিয়ু
শাৎকায়রক্লিবা অঙৌবা জবাকুসুমগী
মেঙনা ঈংলবা নখূৎনা;
থনুংদা ওমচাক্লরিবা মৈশানা
শারবা নচাশিংগী হকচাংদা।

থেম্বীযুনে ইমা নীংঙমদ্রবা থম্মোয়শিংবু
খোয়থুম্নরবা য়াব্বানা
লৈতাদ্রবা গনতন্ত্রগী
অনৌবা ভারত লান থোক্লক্তনবা।

(৩ সেপ্তেম্বর, ২০০৪)






মপূং ফাবা মিং ঃ ডা. কোইজম শান্তিবালা দেবী

লৈফম ঃ খুরাই লম্নোং বাজার, ইম্ফাল, মণিপুর

অপোকপা ঃ কোইজম কুলচন্দ্র সিংহ

অপোকপী ঃ রাজকুমারী সনায়াইমা দেবী

মহৈ ঃ এম.এ. (মণিপুরী), পিএইচ.দি.

পোকপা ঃ ১৯৬০ ইং

থবক ঃ লেকচরর
রাম লাল পাল হায়র সেকেণ্ডরি স্কুল
ইম্ফাল, মণিপুর

অতৈ অতৈ ঃ ফম্বাক লীলা অমদি এ.আই.আর. ইম্ফালগী
কলাকার অমসুং শৈরেংবীনি।